অফোংবা ঃ
লোচনমনি
C/O. S.L. Publishing House.



অনীশুবা থুংনম ১৯৮২
মশীং—১০০০

মমল লুপা ৪.০০

লাইওইশ্রবা মীতৈ/মৈতৈ মাইচৌশিংনা থম্বীরম্বা পুয়া লাইরিক-শিংবু থী-হুমহুনা হোৌরক্লিবা ইরুপচাশিংদা কানগদবা য়েংহুনা পুয়াশিং পুথোকপীরকপ'সিগীদমক্তা ওজা মনিজাও, পণ্ডিতপু হন্না-হন্না থাগৎচরি অমদি মতুংদসু মখল মখলগী পুয়াশিং পুথোকপিরক্কনি থম্লে।

—অফোংবা।

# বাহৌদোক

মৈতৈগী মায়চৌ ( পণ্ডিত ) কয়াশিংনা মতমগী মরমদা ইরম্বা পুয়াশিং অসিগী মরমদা শয়প্প মথাদা খরদং পঞ্জগে। তুংদা ওইরক্ক-দৌবা মতমবু হান্না থংবা হায়বসি থোইদোক্লা কান্নরবা, অফবা অচৌবা মরু ওইবা অমনি হায়জনিংই। তাইবঙ পানবদা অচৎ–চক্তা লৈরিবা পুন্নমক মতম হায়বসিগী মথাদা লৈনরিবা ঙহাক্তনি। পুন্নমকসি মতমনি। ঐখোয়সু মতম্না ঙসি হিংলি। মতম্না অমুকসু মাঙখি-গদবা, লোইখিগদবা ঙহাক্তনি। মতম হায়বসিগী মরমদা ঐখোয়না শীংথাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে। মতম হায়বসি কনানসু থিংজিন্দুনা (ফাদুনা) থম্বা য়ারোই। অরা-অনা খুদোং থীরবা অমদি অফ-মুঙাই চাওখৎপনচিংলবশিং মতম্না ওইরকই। মতম্না থোথোক কয়া পুরকই; থোকখিবা, ওইরক্লীবশিংসু মতমনি। মতমগী মখা পোনবা ঙহাক্তনি।

মমাংঙৈদা মৈতৈ লৈপাকসিদা লৈবীরম্বা নোংদম শঙলেল (পণ্ডিত লোয়শঙ) দা অয়াম্বা কারম্বা মমিং মথা চৎলবা, খোইয়ুম লাই-গুম্লবা, থোইদোক-হেন্দোক্লা খঙ হৈ-উরবা, তাইবঙ মপোক্তা অথোয় চঙখোল্লবা মায়চৌশিং কয়া লৈরম্মী। মায়চৌ ( পণ্ডিত) শিং অদুনা মতম হায়বসি কয়া য়াম্না অচুম্বশিংগী মরমদা তাকপীরম্বা অমদি হৌজিক হৌজিক ওইরিবা থোথোকশিং মাঙদা হৌথ্রবশিং, তুংদা ওইরক্কদব (থোক্লগদব) শিংগী মরমশিংবু পাউরৌ পাম্থে ওইনা ইদুনা অমুক্কী মতীক নীংথিজনা থম্বীরম্মী। মসিবু তুংদা হৌরক্লীবা মচা-মনাওশিংবু খঙজহৌনবা হায়দুনা ইথোক্কুনা তোঙান-তোঙাম্বা পুয়া কয়ামরুম থম্বীরম্মী। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা মতমগী মরমদা ইরম্বা পুয়াশিং অদুগী মমুংদা ঐনা খরদং থি-হুমদুনা থেংনজরকপা

পুয়া ৮/৯ লোমদং পুন্সিনজহুনা **"মতমগী খোঙলৈ তাকপা পুয়াশিং"** হায়না মিংথোল্লগা হন্দক্কা ফোঙদোকপশি অনীরক-শুবনি। পুয়াশিং অসিদা য়াওরিবা মতমগী মরমদা ইরম্লিবসি মৈতিংঙু খাগেম্বা নিংথৌগী মতমদা লৈরম্বা মায়চৌশিংদগী হৌবনা মৈতিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক ফাওবদা লৈরম্বা মায়চৌশিংনা ইবীরম্বা পুয়াশিংনা অয়াম্বনি।

লাইরিক অসি অহানবা থুংনমদা মীয়াম্না পাম্লহুনা থুনা লৈবী-থিবদগী লোইশিনখি। হন্দক ঐগী নুংশিজরবা শগোলবন্দ বীজোয় গোবিন্দদা লৈবা **সারুংবম লোচনমনি** ইবুংঙোগী মফমদা মতমগী মরমদা ইরম্বা পুয়া অসিবু অনৌবা হাপচিনবা য়াবা কয়াস্থু হাপ-চিন্দুন থুনা ফোঙদোকসি হায়জবদা হরাও-হরাও থবায় য়াওনা য়াবীরকাখ। ইবুংঙো অসিনা থবায় হকচাং য়াওনা ৱানা চেন্দুনা শেন-থুম্নচিংবা পুম্নমক হোৎনবীবদগী অথুবা মতমদা অনীশুবা থুং-নমসি নমথোক্তুনা ফোংদোকপীরি। অসিগুম্বা ইবুংঙো লোচনমনিগী পুকচেল চাউবা, থবায় হকচাং য়াওনা হোৎনহুনা মতম চানা ফোঙ-দোকপীবগীদমক পুন্সিগী তৌবীমল থংবা অমা ওইনা উৎচরি। লাইরিক মসিদা অরাল-অহুই, চিথ-নাম্থহৌবশিং য়াওরম্বা থোক্লবস্থু অহল-লমন ইবুংঙো-ইবেম্মশিংনা তাকপীরক্লবদি হরাও-হরাওনা লৌশিঞ্জহুনা অদোম্বু থাগৎচগনি। মতুংগী অহুমশুবা থুংনমদা চুম-থোকপা য়াবমথৈস্থু চুমথোকচরক্কে।

মনিজাওবা

তাং ৫।৫।৮২ ইং

# য়াওফম তাকপা

# মতমগী খোঙলৈ তাকপা পূয়া

লাংব-চক্কী কুমশীং ৪৮৯৮, নোংদা লাইরেল পাখংবগী কুমশীং ১৭৯০, চৈথারোল ৩১৩, চৈথাবা কবো খুমবোংবা চন্দ্রাব্দ ৪৯; শকাব্দঃ ১৭১৯ গী লোইরকপা কুম অসিদা নোংদম্বা মরুগী শঙলেন্দা শ্রীসিধান্ত ভাস্পতি ভাস্কর শর্ম্মগা, শ্রীখুম্বোং মণি সিধান্তগা, রত্নকর গৌরশ্যাম শর্ম্মগা, কমপোং শ্রীমণিরামগা মরীমক্না ৰা খন্নদুনা শঙলেল পুয়া "খুন্থোক লৈশেমলোল, মৈহৌরোল, য়েক মচু তরেৎ পূবা পুয়া পুকোকলোল" পুয়া ১২ অস্থুপ্পবু পাদুনা য়েংলুরগা চন্দ্রাব্দঃ ৫০, চৈথারোল ৩১৪ শুবগী কুম্মৈদা নিংথৌরেল ভৈগ্যচন্দ্রগী মফমদা হঙ্গৎলি। "ঈনিংথৌ! লৈবাক অসিদা মফম খঙহৌদনা মায়কৈ মরী, শুংদাই মরীবু তুনা লাল-লুম্নদুনা মশীং থীবা, লাকপা ঙমদনা শিনগদৌরি। থৌদোক অদুগী চহিদি হুংশাংঙি। মতুঙদা তেঙ্গোল অহূম থোক্কনা লুখায় তানদুনা মপা মচা, শাকৈ-নাতৈ মশক খঙনদা, থকশি-খাশি শৈরেংনদনা মহৈ মহৈ চায়নদনা লৈপাক মাঙ-তাকপা তানগদৌরি। মতুঙদা মরু অহূমগী চূকলেল মখোঙ শাদুনা লৈঙম্নরগা থাঙহী ঙাংঙোই খোঙগাবা অমা, নোংপোক খম্নাঙ পনশাবনা অমা, ঔৰাং চীঙ্খৈ হন্না লাম্লুম্বা থাঙমৈ মার হন্না খোঙগারকপা অমা, পু অহুম অসিবু চায়না খোঙ্গেং হানগদৌরি। ঔৰাং চীঙ্খৈ হনবা, মার হনবা পুনা ষনপোৎ হাৎলম অমা লেমদুনা পানঙম্বদি পাম্লনি। তয়ুম লৌরমচা অয়াম্বনা মপা মচা শকখঙনদনা

য়াম্নদুনা লৈপাক-থক্তা ঈতনা লৌখোং চেনগদৌরি মরম অসীদদি মৈদিংঙু নিংথৌরেলনা হায়জদুনা লম্বী অমতং শেম্বীদুনা লৈথোল-লৈঙাক-বিরম্নবদি লৈপাক অসীবু মতৃঙদা-মঙাল শামদনা হৌখিবা মরুশিংগী মঙালবু শামহন্দনা লৈঙাক লৈপুজবা য়া-ঙমহৌগদ্রা খনজৈ, অদুবু সনা নোংদম মঙাইরে। মতম অদুদদি লৈপাক অসী লৈকম্নবা লৈতরে"। মৈদিঙঙু ভৈগ্যচন্দ্র নিংথৌনা রা অসী তাবদা সনা পুক্নীঙবু অরাবা থৌরম ওইখিদুনা মরম অসী করি অপকমা (দাষ) লৈখিবদগী থৌথোক অদুবু ফংগদৌরিবনো হায়না হংঙি।

**শিধান্ত ভাস্পতি ভাস্করনা হংগৎলি ঃ—** "লৈবাক অসীনা থৌদোক মৈশা অসী ফংবদা য়াওগদৌরিবা অসীদি রাজেশ্বর মবুধৌ লাইয়িংথৌ সনা মহিনা লৈপাক্নী অরা লৈকনগে হায়না সনাগী মচু মান্না শঙ্গী ওইনা মোংবা কংলা রাথোক লৈঙাকপূঙদা য়াথোক্কুনা রাকায় পূঙলোমদা য়েংদুনা লৈরিবৈদা নবুথৌ মৈতৈ পিবা চরাইলোংবনা তারা লুক হাবা লোইদুনা মপাল—লাংদা চীন শেংগে থোরকপদা নবুধৌবু হেক উই। অদুদা নবুধৌনা শজীবু অচম্বা শঙ্গী ওইনা রাখনখিদুনা মখূৎশু লীরুঙ ফুনান তেলহৈবনা

---

* * * মথক্তা য়াওরিবা লাইরিক অসিগুম মতাঙদি অমত্তা ওইরগা রাহৈ-রাতা খরা অশু-শুদ মান্নদবা লাইরিক অমদসু অসুম্না য়াওরম্বদু থেংনৈ। মদুদি : — "কলিগী — (লাংবচক্কী কুমশীং) শোক ৪৮৯৯ ॥ পাখংবগী শোক ১৭৯১ ॥ খৃষ্টাব্দ ঃ ১৮৯৮ ॥

স্থরম্ববু লুখুম কাদগী থুনা য়াঙনা লৌথোকলূহ্নবা ব্বায়রা তেন-শীংহ্নবা থোরকক্লে। নবুধৌনা তেন শীংহ্নবা লাকপা উবদা নবুধৌশু কোয়না কংলা মনুঙদা কোয়চেল চেন্দুনা থাঙখিরম্মী। মহুদা নবুধৌ চারোইরোংবস্থ অসুম থোকই হায়বদগী সনাগী মচু মানবা শজীবু কোইতান তান্নহনা তেনগী মচীন্দা হূ পুবা বিষ্যবু হাপ্পুনা কাপখিবদা নবুধৌনা শাওলবা শজীদা পান্দুনা কংলা মনূঙদগী চেনখোকখিহ্নবা

শকাব্দ ১৭২০, চন্দ্রাব্দ: চৈথাবোল ৩১৪ ॥ লাইরিক য়েংবা অরোইগী কুম অসীদা শ্রীভাস পণ্ডিত শর্ম্মা, রত্নাকর গৌরশ্যাম শর্ম্মা, খুম্বোং চন্দ্র শিদ্ধান্তা, মনিরাম মরীমরা শ্রীজয় সিংহ কর্ত্তা মহারাজগী মফমদা হায়রৈ। "হে মহারাজ ! চহি ২০০ গী মনূঙদা লৈপাক অসী ফুরূপ অহূম থোক্না গুরুগী মখোঙ অহূম শানা লেপ্পুনা মপা মচা খঙনদনা য়ান্নহ্নবা শিনবা তারি। থাঙহি ঙাংঙোইগী পু অমা। নোংপোক থম্লাঙ পনশাবা পু অমা। ঔৱাং লাল্লুম্বা থাংমৈ মার হনবা খোঙগাবা পু অমা। পু অহুম অসী য়ান্নবা তারে। ঔৱাং লাল্লুম্বা মার হনবগী পুনা পোলোই অমা শেমহ্নবা অনৌবা যাত্রা হুন্দুনা পানবদি পানদৌরি। মউ মখোঙ থিহ্নবা অসীদা মপা মচা শকখঙনদনা হাৎনহ্নবা লৈপাক অসীদা ঈ তাবা মরম অসীনদি, মহারাজনা লৈরিক মতম অসীদা কাক্লনবা লম্বী অমতং শেম্বীরমদ্রবদি তুংদা য়াম্না ৱানবগনি মরম অসী ফনবা শীনবীরম্লবদি লৈপাক্কী অৱাবা কোকহৌগদ্রা নীঙজৈয়ে ৱা অসী তাবদা কর্ত্তা মহারাজনা

নুংকেং অসীগী মনাক্তা তুরে। নবুধৌ পিবানা শজীদা তেন্না পান্দুনা শজী তুরে হায়দুনা শজী লৌগে চঙখিবদা — "নপা নপুবু মশক খঙদনা নঙদি মতম অমদা নপা নচা মশক খঙনদনা হাৎনদুনা

---

পুক্নীঙ অরাবগা লোয়ননা হংই, "পণ্ডিত অহুম, ব্রাহ্মন রতন অয়াম্বা মরম অসি থোক্কদৌরিবা অসীবু লৈপাক অসী মরম করি লৈখিবননো ?

সনা য়াথং তাবদা, ভাস পণ্ডিতনা হায় — "মতুগী মরমদি ঈনিংথৌ! নবুধৌ খাগেম্বনা তুরেল লুকায় থৈবদা মতুগী পন থিংবদা গর্ভাপতি ওইবী অনুনহা অমা পন-থিংবদা য়াওখিবা মরম অতুগী পু অমা ॥০॥ অতুগা নবুধৌ ঈবুঙঙা চরাইলোংবনবা নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক ঙাকখিবা মতম অদুদি য়াম্না অঙাং ওইনা লৈপাক ঙাকখি। নবুধৌনা য়াম্না নৌনা লৈপাক ঙাকচবা অদুবু য়েংবদা নবুধৌ সনা মহিনা মহাক থক্তগী মথঙলেংনা শমথহন্দুনা নিংথৌ ওইহনগে, মশুগী য়েক্ল-তিংখং লৈত্তনবা সেম্বীগে, কমদৌনা পানজরিবনো ? থৌজাল-লল কুবীগে' হায়দুনা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা কংলা শংগুরৈ মখোঙদগী সনাগী শজী ওইদুনা কংলাদা য়াথোক্তুনা কোয়না চত্তুনা য়েংএ। মতম অদুদা নবুধৌ চরাইলোংবসু তারা লুকোয় হাবদগী লোইদুনা মপাল্লাংদা থোরকপদা উরে। চুম্নগী শজী ওইরবোই নীঙদুনা শঙগায় মনূঙদা লেঙশিল্লক্তুনা লীরূঙ তেল পায়রগা থোকখিদুনা শজীবু কোয়তান তান্নদুনা তেন্না থারে। নবুধৌ সনা মহীনা তেনগী চৈনা খাঙদুনা নুংজেং পুথ্রি নুংকোয়

নঙগী শাগৈ অসীদগী তুম্না মাঙনবা ওইরকউ" হায়না মীচৈ পীরম্লগা মফম অদুদা অহুম মাঙখি। পাউতাক অসী নোংদম্বা মরু লোরেম্বনা নবুধৌদা পাউতাক্তুনা পুয়া খোর্চৈ তাখির্বনিদো॥ মতুঙদা নবুধৌ গরিবনিৱাজগী সনা হাক্তক্তা মহন্তা শান্তিদাসনা লাইনীংবা নাম

---

অনীগী মরক্তা ঙহাক ঙাইহৄনা লৈরক্লগা, চরাইলোংবনা চঙশিল্লক্তুনা শক্সী মনাক য়োৌবদা অহুম মাঙখোকখরে। মরম অসিদগী পু অমা॥০॥

নবুধৌ গরিবনিৱাজগী সনা হাক্তক্তা পুয়া ময়ান খোনহুনা শান্তিদাসকা লোয়নহুনা পুয়া নৈ থারুবগী পুয়া মতীক ময়ায়গী পু অমা। পূ অহুম অসীনা খুং লি হুনা য়ান্নগদৌরি ঈনিংথৌ। মপা-মচা, ময়াম্বা, মচিন-মনাউ খুঙনদবদগী হৌবক্লগনি, হাকনা মকুঈররোই চহি অনী অহূমগী মতুঙদগী মহৌরক্লগনি।

ৱা অসী তাবদা কর্ত্তা মহারাজনা পুক্নীঙ অৱাবগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দবু ভক্তি তে হুনা নুমিৎ খুদিংগী মরম অসিদদি ঙাকপিয়ু হায়না খুরুমহুনা চাগনি-থক্কনি খঙদনা লৈরকপা অসী নুমিৎ তরেৎনি শুরক্লে। তরেৎনি শুরকপগী নোংঙাল্লমদাইদা মঙদা লাক্তুনা তাকপিখি। "হে মহারাজ চীঙথংখোম্বা। নঙ অসিনা মীগীদমক ৱাবীবা অসি ৱামনগ্রবোইদকো। নঙগী ভক্তি অসিনা ঐ অসি লৈবা, খাঙবা শুকঙম ঙমদ্রে। নঙনা হায়রিবা অদুদি চহি ২০০ গী মতুংদা ওইগদবা পু অহূমগী লালনি। মতম অদুদি ঐদি লৈররোই, নঙগী মরমগীদমক মফম অসিদা ঐনা লৈগদবদি চহি ১০০ দনি। ঐনা ঙাকপা মতম অহ লৈতরে। অদুবু নঙনা কন্না

শোনবা হায়বা অসীদি লমচৎ অসুম্না নীংগদবনি হায়বদু মখোয়গী লুপতিনগা অমতা ওইনবা থৌরাংবা লাকপদা মণিপুরনা লৈশেম-ঙৈদগী মথংলেংনা চংলম-লূতিন ওইনা লাইনিং লম্বীদা চংলম্বা নোংদম্বা মপূগী মশক্তি অরেপ্পা লৈতে। মশক পূন্নমক্বী মন্নুংদা থোইদোক হেন্দোকপা মতীক মঙাল চাউবা অদুনা মপু মাগী মশক্তি। পুক্নীঙনা অপাম্বা থাজবনা নোংদম্বা মপূগী অরেপ্পা মশক্তি হায়বা ৱাথলনা লাইনিং লম্বী চংলম ওইনা লাইনিং লই শোন্দুনা অরেপ্পা মশক থমদনা অথোইবা মপু মাগী মশক্তি হায়না পুরিঙ শেংনা

---

মহায়রবনিনা ঐগী মহৌশা হৌফমদা অমুক হন্না পামেল থৈবোঙ ওইনা হৌরগা মতম অদু ঙাইদুনা লৈগে। ঐগী ইতীরুদি মতম অদু ঙাকপা ঙম্বা ঈতীক নত্তে। অদুনা নঙোন্দা ঐনা উহনবদা নঙনসু ঐগী ইশক শাবদা শাদ্রিবা মশক মাংনং অদুতনা মতম অদুগী ঈচেল অদু থিংবা ঙমগদবনি। মহাক্তি শ্রীনিত্যাইনন্দগী মশক ওইরিবা মহাক্তনা ঙমগদবনি। মহাক্তি মফম খূদীঙদা ভক্তিগী মতুঙ ইন্না মপোক লাংওন থোকঙমদুনা মালেমগী অরাম্বশিংবু লানবীদুনা বৈষ্ণবতগী চাউনবা শীললিবা বৈকুণ্ঠ নাথগী শক্তিতনা ঙাকপা ঙমগদবনি। হে নিংথৌ মতম অদুদা লানবীনবগী মশক ওইবা মহাকপু ঐনা পামেল থৈবোঙ ওইনা হৌরগা শক্তি অসীবু নির্পণ তৌদুনা নঙগী অরাবা অসে ঙাক্নবা থৌরাংগে ॥০॥

মহারাজ তেংগোল অহুমদি থোক্তবা য়ারোই, শোয়দনা থোক্কদবনি। অদুগা খুৎলায় পায়দুনা মপা মচা শকথঙনদনা য়ান্নবা, মালেমদা ঈ তাবা অদুমখৈদি শক্তি অদুনা ঙাক্কুনা অমুক

লাইমিং লাইশোন্দুনা পুরুম লৈকৎনরম্বা চৎলম্মু থাদোকহন্দুনা লাই-নিংগদবা মশক্তি মশক অসীনি হায়না। মখোয়না পানজবা মশকপু নোংদম্বা মপুগী মশক্কী হায়না পুক্নিঙগী অরেপ্পা থাজবা ওইনা চৎনবা থৌরাঙবদা লৈপাক অসিদা লৈরম্বা। চৎলম-লুতিন লাইনিং লম্বীগী মশক্কী অরেপ্পা পুয়াবু মৈদা কৎনবা খূজীল থৌরাংতুনা মাঙহনখি। মতুদা শঙলেল পুবা পুয়া অতুদদি মৈ কোম মনুঙদগী নোংলৈ অমনা পুখিহনা পাইখি। পুয়াগী মতীক মঙালবু অকী তুজং লৈতনা মপুক অরাঙ কানীঙবনা শুম্মাংখিহুনা পুয়াবু মাঙহল্লবনা খূদক অতুদা শান্তিদাস মশামক লৈখাতানা মাঙলবদগী মতুঙদা মৈতৈ লৈপাক্কী মশক মঙালগী চৎলম-লুতিনশিং খঙজবা ওইরকপদগী নোংদম্বা মরু শঙলেল মপু লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা মৈতৈ কংলৈ পুঙমায়য়োলদা খূলথোক লৈশেমহুনা তাইবঙ মীপোক খুললিংবগী মরম্ম মথংলেংনা পৌরা ওইনা লৌহুনা তাজবা পুয়াবু মৈ থাবগী মশাদা অদিদি মপুক মনুংদা মৈগুম্না শারিবা, খোঙহাম লায়না ফংবা মচীনবান মথক মখা ও নী তুনা অঙৌবা লাইথুংবু ফংলহুনা নৌতীন ফম্বা য়াদনা লৈরবা মতাঙ অতু ফাওবা তাহন্দুনা পুক্কীং অমকপা ফত্তবশিং শেংহনবিহুনা মরু মচা থেংগ্রানা পুয়াবু পৌরা ওইনা লীখিবা পুম্বশিং পামেল

---

হন্না লৈপাক অসিবু সেমগৎতুনা অরীবা লৌনম তৌহুনা লৈপাক অসি য়াইফ নুংঙাইনা পানগদবা মহাক্কী। মরম অসি তাকপীরম্নগা শ্রীগোবিন্দ মাঙখ্রে। মতুদগী চীঙথংখোম্বা মহারাজ মিকপ থোক্তুনা পুক্কীঙ নু ঙাইবগা লোয়ননা লেঙথৎলক্তুনা নাম শোনখিয়ে॥

আগর মকুদা ইহুনা মথুবাক্তা শিন্নহুনা, মতুঙদা নবুধৌ গরিবনিৱাজনা নোংদম শঙলেন্দা পুরু: লৈপায়না থম্বদগী লৈপাক অসিগী চংলম লুতীন মশক মচু মঙাল মশক খঙনরিবা লাংওল লাংদাই থৌরম থৌথোকপ্ য়েংনরিবা অসীনি। লাইনিং লম্বী মশক খঙলবা বাপু শান্তিদাসনা পুয়াবু ঐগী মীগী ৱা খল্লবগী লঙজবা মরালনা মাগী ঈনা তাখিবা মফমবু তূ লুকখায় অহুম থোক্লা চায়নগদৌরিবনি।

নবুধৌ গরিবনিৱাজনা মপোৎ মরল মশক খঙদবা মীরায়না পুক্নীঙ হকচাং থুম্মাংখিহুনা মৈতৈ মরুশিংগী ময়াথংবু তায়ওন্নহুনা পুয়া মৈ থাগনি হায়বদা হোৱয়াহুনা পীখিবগী লঙজাখিবা মরালনা নবুধৌগী ঈনা তাখিবা মফম মথৈবু মপা মচা শকখঙনদবা থকশি খাশি শক য়েংনদনা তু লুখায় তানহুনা চায়নগদৌরি। মপা মচা থকশি খাশি শৈংেদবগী চাক্লা মকুইরৌই। মশা ঔৱাঙ কানববু শৈহৌগদবা হাক্লা নুংশাংদরে। তেংগোল অহুমদি মীরোল অনীদগী উরগনি; চায়নবসু হৌরগনি। মখোয় খৈবিক্কী ঈনা মালেম লৈমায় থক্তা ঈনা লৌখোঙ চেনবগুম চেনগদবদি চহি ২০০ (চনি) গী মনুংদা উবগনি। মরম অসিদদি ঈনিংথৌনা লৈকনবীরল্লবদি লৈপাক অসিবু লৈপাক অসিবু লেমজহৌহুনা লৈজরিবা লাইমিংশিংসিবু মশক মঙাল শামদনা তানফংলবা ওইহুনা অনৌববু অরীবনা লৌনমহুনা অরীবনা নৌনা খুনথোক খুনশেমজবা ওইগদ্রা নীংজৈ।

ভৈগ্যচন্দ্র নিংথৌ ৱা অসি তাবদা সনা পুক্নীঙ অৱাবা ওইখিহুনা মীতিন অহু অহুম্মক লোইহুনা ময়ুম ময়ুমদা কুমনখরে। মতুঙ অহুদা সনা পুক্নীঙগী অৱাবা মরমবু শ্রীগোবিন্দগী খুয়া - খাদা

মীংশিংলগা মন্দীরগী মাঙদা অচৌঙ চুপ্পা ওন্ন-থোইনা মীৎস্না ঈরা চেন্না ভক্তি কত্তুনা লৈরক্লে। নোংঙাল্লবা মক্তমদা হকচাং চাইথবা লোইরগা চাবা থবপা লৈতনা ওন্ন-থোইনা নাম শোন্দুনা লৈখি। অস্তম্না চাবা, তুস্না তোদনা ←রকপা মুমিং তরুক্কী শুজিল্লক্লে। অঙস্বা লৈপাক মীয়াম্নচিংবা খায়না রানরক্লে। "করমনো॥ হন্দক মৈতৈঙ্গু নিংথৌরেন্না তৌখিবা, ওইখিবা মতৌ মওঙ অসী" হায়তুনা অঙস্বা মীয়াম, মচা ঈবুঙ্ঙো পুম্বা সনা নাক্তা সনা থৌগল ওইনা থাপলম্বা লৈনতুনা র ঙাঙনদনা লৈনরক্লে।

লাংব চক্কী কুমশীং ৪৮৯৯, নোংদা লাইরেল পাখঙবগী বুমশীং ১৭৯১, চৈথারোল ৩১৪, চৈথাবা লাইহিক য়েংবম অরোই, চন্দ্রাব্দ ৫০, শকাব্দঃ ১৭২০ গী কুম্মৈ অরোইবা লমতা থাগী নিন্দুং ২৭ নি পানবা য়ুমশকৈশগী অহীং য়ুথক মতুঙ দণ্ড অনি মথায়না হৌখ্রবদা শ্রীগোবিন্দগী শ্রীমূর্তিমক ওইনা দর্শন পীতুনা তাকলে। "ভগ্যাচন্দ্র নঙদি ঐনা লৈপাক অসিদা ঐ লৈগদবদি তাইবঙ চহি ১০০ (চাম্মা) দনি। নঙনা হায়রিবা তেঙ্গোল অহুম চায়নবা অতুদি চহি ২০০ (চনি)গী মনুঙদা থোক্কদবা থে দোক্নি। মতম অতুদি ঐগী মতমস্নু নত্রে। কমদৌনা ঐনা লৈঙাক্কদগে, বৈষ্ণব নঙনা লৈপাকপু লৈকন্নবগীদমক্তা প্রেম ঈরা চেন্না য়াঙস্বা অসীদা বৈষ্ণব নঙগী মীৎলুদগী শিন্থখিবা ঈরানা ঐবু লৌপুনখিতুনা ঐ থাঙবা ঙমদতুনা লাক্লবনি। নঙগী মীৎলুদগী শিন্থরকপা পিরাং অতুতনা লৈপাক অসিবু লৈকনবা ওইরসনু। মতম অতুদা লৈঙাক্কদবদি বিজয় নার্থনা লৈঙাবগ্রগদবনি, ঐগী মতমদি নৎত্রে। অতুবু বৈষ্ণব নঙগী

থৌদাবু ঐনা হীকতোকপা ঙমখিদবে। তেংগোল অহূম্ শৈহৌনা থোকঙমলে খঙ্ঙমনবা মতম অদুদা লৈঙাকপা বিজয় নার্থগী তেংবাংবা ওইনা ঐ অসি মতম অদূদা ঐগী হৌনফমদা পামেন থৈবোঙ ওইনা হৌরগা থোকঙমদুনা বিজয় নার্থগা লীতিন্নদুনা মতম অদুগী লৈঙাক লৈপুবদু য়াওরগে। ঐনা থোক্লক্লবদি মরুগী চুকলেল অহূম্ য়াকৈদুনা মায়কৈ মরী, শুংদাই মরীবু শান্না মরুগী মখোঙ থাঙম লীঙম্নবা থৌহৌবা ওইনা তেংবাংলরগে। তেঙ্গোল অহূমদি থোক্তবা য়ারোই, মদুবু ঙাবথোক্লবা অমতা লৈতরে। তৈয়ুম লৌরমচা পুম্বনা মপা মচা খঙদনা লৈঙম্লববু মপা মচা খঙনা লৈঙম্নবা পোৌবু থৌশিল লাংবনি। লূপ তহূম্না মখুৎনা খুংলাই পায়দুনা মপা-মচা খঙদনা য়ান্নদুনা লৈপাক্তা ঈনা লোখোং ঈখোং ওইবদি ওইহন্দনবা ঐস্তু য়াওনা থোক্তনা লীতিন্নববু লৈঙাবলগে। মতম অদুদা ঐ অসীবু শেমঙম্নবা মশক অদুনা মিংহুনবদা "ব, বা, বি বী" অসীনা মিংহুন্দুনা ঐবু শেম্লসনু। মিংলেন তসীনা লীতিন্নদুনা লৈঙাক্লগা অনৌববু অরীবনা নৌনমদুনা অরীবনা নৌনা কংলা পুঙমায়য়োলদা লেপ্তূনা খুন্থোক থূনশেম্বা ওইরসনু। হৌ-গংলো তুখায় অহূমদি থোক্লক্তুনা শৈহৌদবা য়াদবনি। মরুগী মখোঙ মাঙফদবা চুকলেলনি।" হায়না নোংদমলম্লগা মন্দির মনুঙদা লেঙশীনখিদুমা থোঙ হেক থিংখি।

মৈদীঙঙ্ কর্ত্তা ভৈগ্যচন্দ্রবু অরাবনা মু ঙাইবা ওইদুনা মীৎ হেক পাঙই। মীয়াম তিনবা উবদা সনা পূক্লিঙ ব্রাখল পূন্সং লাম্বা ফংদুনা ঈরু-মায়থজবনচিংবা লোইরবদা, মতোল ঈবুঙেঙা মন্ত্রি

অনন্তশাই, ভাস্পতি, খুম্বোং চন্দ্র, গৌরশ্যাম, মনিরাম মঙামকপু কৌশিন্দুনা মঙলাল-চানগী নোংদমবু তমদুনা শঙলেলদা চঙদুনা পুয়াদা খোর্চে তাদুনা মতমবু নীংশিনবা খন্নদুনা থমখি।

## ঙমদাই লৈতায় পুয়া শীংথাবা

হয়ি হয়া হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ। লৈশেম খুনশেম-ঙৈদগী অশিবা শল্লাই সনা মহি মহাক্লা অতিংঙা য়াইবীরেল শিদবদগী ময়াথংবু মকোকলেন্দা হাপ্লুনা নমু তাইবঙ পানবগী য়ুমথোঙ খূদীঙ লেঙশিন্দুনা ফমথোল ১০৮ ( চাম্মা-নীপাল )গী লকা ১০৮ ( চাম্মা নীপাল ) শেমদুনা তাইবঙ অপকমা পুন্নমক্কী য়ুমথোঙ খূদীঙদা সনা ফম্বাল লাংঙমদুনা থৌদা রায়েল নোংদম্বী, লাংবন কাওরেল ষণশেনবগুম কোনশিনবীদুনা অপোক লীহুই নোংদম্বীরি। লৈপাক চূকথা ঙমদাইবীদুনা নিংথৌগী য়াইফ নুংঙাই পুন্সি নুংশাংনা পান্নবা, থাজ কুমজা খূদীঙগী লৈতায় চূকথা লৈফানা পুরুম ঈরাৎপিঙমদুনা, লৈপাক অঙম্বা নিংথৌনা তাংথক ঈপোম হৌনা নুংঙাই য়াইবী মরা তপ্পা মতীক মঙাল চাউনা, পানঙম্বা, শিল্লম থৌরম অপুম্ববু লকানুংদা শীনবীদুনা লাইয়িংথৌ নহাক্লা চকমরীমা অসীদা তাইবঙ পুন্নমক্কী য়াইফ নুংঙাই শেম্বীরি। পুরুম থৌনি ঈরাৎ বাবু সেম্বীদুনা লৈপাকপু ঙমদাইবীরম্বা, তাইবঙ থরায় অপকমা পুন্নমকপু মথংলেংনা খঙনবা তাকপিরম্বা য়াথং থোয়া পুন্নমকপু মখোঙ খূয়ারেন্দা হন্না হন্না পুরুমজবনা চীঙঙ নঙ্গা

কোলোয় নয়াথংনা নোংদমখিবা থৌনি ঈরাৎ পুরুমলেল লাকয়েল মতম ঙমদাই ৱাবু ৱা লেল। ঙুপ অমতং কংলৈ থুনদিন য়াথোক পুঙ, পামেল শংগুৰৈ মখোঙদা হায়ঙম লীঙমজদুনা নচা ননাইশিংনা খঙহে থৌঙমজহৌনবা নয়াথংবু লীঙম হায়ঙম্বীরে ননাই ওইবা ঐহাক্না খুয়া খাদা মিজরি হয়া হে।

মায়চৌ অনীনা থুপলমদাইদা মচা-মনাও মঙামকপু কৌদুনা হায়বীখি। লৈপাক্কী লাকয়েল ঙমদাই ৱাবু হায়বীখি। মদুদা হেঙ্গ্রানা হায়খি, ৱারীনদি খঙলরোই লাইৱীক ওইনা ইদুনা থম্বীরমসি। মতমগী খোঙৈল য়েংদুনা তাকপিরমসি। মদুদা চীঙঙু মায়চৌ খোংনাংথাবনা ৱারী লীরে। হেঙ্গ্রানা খোর্চৈ পায়দুনা পামেল অগোর উকুদা লাইরিক ইরে। মদুদা য়াওবদি কমেং ফদিবা, খোঙঙাখল তেপীপা, নম্বোল খোঙচিমাইবা, লাংগোল লুখোই, ৱাংঙুপাচি মঙামানা তাখি। মদুদা চীঙঙু খোংনাং থাবনা হায়খিয়ে। —নোংচুপ থোঙ হাংলে, শনি অনী ঙাপ্রম চীঙচেংদা থুলরে। হৌজিক কংলা মৈ হৌরে। নোংপোক থোঙ হাংলে। অদুগী মতুঙদা যিজেৎ ফিকাই শেৎপগা ঙমদাইনদুনা লোলদিননদুনা অমুক শেল্লনি। মতুং মরেপ ঈনবা, মশা যনবা কুচু ঙাঙবগা ঙমদাইনদুনা মপুক্লা মথানা চেৎল্লগনি। অৱাং লমগী থৌদু নুঙপাক্লা শঞ্জেম্হোং ৱাংমা লান্না লেপ্পনি। মদুদা সনা কোমুং শারনি। ঙানা থৌগল চঙলান। শম্বলনা মনা মশীং চারনি। মদুদগী হৌনা চীঙঙা কৈথেল কারনি। মদুগী মতুংদা চীঙঙা নুঙবী চকুপ চগায়না মখোঙনা চৎলগা লৈরক খুল্লক্তা য়াতরনি। য়াংলৌ

শোরোক্তা উজাউ ৱাজাউ লৈরৱোই ; ঈশিং পম্থুংফম খঙলরোই। উজাউ লেপ্পা মপ্‌ক্কা লেপ্পা তুরগনি। লমজাউদা উঙাম চেল্লগনি। মতম অদুদা মীরৈপাক চাক চমাঙ খোঙদারগনি। হয়িং কৈথেল কারগনি। মোইরাং পুঙদা অনু নগা পুককংবী অমা শানা শোক্ল-গনি। মতম অদুদা সনাগী শেম্পাক্তা লমহুইনা মথী ফায়রনি। অরঙবা সনা মক্লনি। অক্লপ্পনা সনা ওইনা শীজিন্নরগনি। মতুঙ হাক্লা লৈরগা ৱাহৈ ৱাতা থিনা অরীবা ৱাহৈবু ঙাঙনগনি। লাইনিং অরেপ্পা নাইররোই। মতম অদুদা লেপ্পা লেপ্পা শিরগনি। নুপী কাঙথঙ নাইররোই। মপু লৈতনা মনাই য়াম্লগনি। মপা লৈতনা মচা য়াম্লগনি। উশক মঙও খঙলরোই। অরেপ্পা মপু খঙলরোই। মতম অদুদা চীঙঙু মায়চৌ অহূম তিল্লগনি।

নোংলেন চীঙগী লোকমাঙদা থাবল লীরোল শক্লনি। মতম অদুৱাইদা নোংমাই মতোন্দগী মখোঙ তম্না ময়ি ময়ি নাইনা নীং-খায়রনি খঙও। মতম খোঙৱ'য় অসীদা লৈপাক অসিদা খুনদিন য়াকা ঙাইনা থেল ৱোইগনি। মতম অদুদা পোলাংখোক্তা য়ানবা লাইফিবু পূজবদা মঙায়রে। মতম অদুদা লুবাক্ মখুম নাইররোই। তমং খুংচা মরোল থোক্লরোই। ইচাশা উচি চি চি খরূঙ মপাল খৌশাবা শেন্দাই লাকই ফ্রঙ। খরূঙ মপাল নাইদরে। শগোল চেলশি লালজেলসি, কৈথেলদগী উকুনা কু কু খোংলনি। মতম অদুদা শোয়দনা লাকখিগনি মখোয়স্থু চেনখিগনি। নোংপোক খোঙদা ঙাকপনা নোংচুপ হারম পাংনা অমনা লাক্তুনা অমবু অমনা লেপচরনি। মতম অদুদা অরীবা মরূ খুন্দুনা মুশি মুশি

অমুক মমিং খঙনা ঙমদাই সনাহন্না অমুক ঙমদাইও। মতম অহু মপা মপু মীরায়গনি। ধর্ম্ম পাম্বী হৌহল্লু শোয়দনা সেনবী মুকাকলৈ মরুন থাবদি হৌগনি। লীক্লায় মরুনা থাবদি মহৌদে অসী খঙনা ঙমদাইয়ো শোয়দনা মপাল শারগনি। মহয় মরোং চুম্নবু তাউজিং মশীং ফাহুনা লেন্নবা হয়রাঙ ওইনা কোয়না পুয়া থিরনি, মীরাক মীথুম্নগন্থু। পুক্নীঙ ঈড়া চেনবা ৱা হাক্লা য়াউৱা চাউফরোইয়ে। মহু খঙনা ঙমদাইয়ো, মহুনা লেঙদবা মরু ওইবা নরলনি খঙও। মতম অদো ঈচাশা মতমগা মতুঙ ইন্না শোয়দনা লাকখিগনিয়ে। মতম অহুদা নুং কৌবা পুথ্রিগী ময়া নোংচুপ্তা নুমিৎ ১৫ নি খেরু-খেক্লা নোক্কুনা অকা অকুম থিংলগনি। হৈতনা অহৈ শাগন্থু, খঙদনা অখং শাগন্থু উদনা অউ শাগন্থু, মরুপ্না পনঙাক্লগনি। শেন্দাংনা পণ্ডিত শাগনি, তাইবা য়ারোহ। মতম অসীদা শোয়দনা অঙৌবা মরায় চায়রনি। ঈচাশা! মখুং খুবাক মখোল থোক্লরোইয়ে। চুনা মকোক হৌরগা, পুরনা লোইবা লম্বী অমা থাঙহি ঙাংঙোই হারমদা শেম্লনি, মহুদা অঙৌবগী চৎনকম লম্বী ওহরনি। মতম অদো ভুবোল শুথোঙ তৎনরে। ফজেৎ ফিগায় শিজিন্নবা কাঙবুগা ঙমদাইনহুনা অমুক অরীবা খূবম লেপলখিন। মতম অহুদি থরস্থু ময়িংঙি থরস্থু মশাওই, কাঙথঙ কয়া নাইদে। শাগৈ শাগৈ পুনশিন্নরগনি। অরেপ্পা লাইমিং হংলগনি। খঙদনা অখঙ অহৈবা শানা শাগৈ থুপ্না পুয়া লাইনং থিনা মপা মপু অরীবা মামং থিগনি শাগৈ অমতদা পুন্দুনা মীতৌ মীওঙ তম্না চিঞ্জাক কাঙথং নাইদনা ফিজেৎ পলশেপফম থমদনা থরূঙ মফম নাইদবগুম লৈরকপা মতুঙ

শোয়দনা মোংবা কংলা তূথুপ্তা চীঙঙ্ মায়চৌ অহূম তিন্নরগনি। মতম অতুদা থুপ্নফম নোংমাংখা মখোঙদা থুপলগনি। মতূং হাক্লা কুইররোই খঙও।

মতমগী খোঙলৈ য়েংতুনা অমুকস্থু হন্না নুং কৌবা পুখ্রিগী নোংচুপ্তা নুমিৎ ১৪ নি খেক্লা খেক্লা নোক্তুনা লৈপাক অসি অমুক হন্না অরী অনৌ শেম্লখিগনি। ঙমদাইবা ৱাগদৌরি। হান্নগী মালোমনা অখঙবস্থু থুপখিনি।অহৈবস্থু তাঙঙমগনি। মতুগী মতম অতুদা ফিরিংজি পুঙলোম লোমলগনি। মখোল থোক্লরোই।

মখোয়স্থু অহৈ অশিং থিসনু, খোঙৱায় তাকশি। নোংপোক গুরুবু অৱাং গুরুনা খুরুম্বা। অৱাং গুরুনা থাংহি ঙাংঙোই গুরুবু খুরুম্বা। মতুং নোংলেল চীঙ নিংথৌ অপানবগা থেংগ্রুং অহানবগা থাঙহি ঙাংঙোই গুরুগা তিন্নতুনা কংলৈ য়াকারগনি। গুরু অহূম্না তিন্ন-পূঙদা মতুঙ চয়োল অমা, থা অমা মনুঙ ওইগনি। ঋতূনা মপূঙ ফা পুক্নীঙনা নৌবা মতমদা নৌনা শেম্বীরগনি। চাক্লা কায়নগ-দৌরি, তাক্লে লোমলে। মতুগী মতমদগী অঙালবা খেক্লা নোকপনা লৈপাক্নী কুম্মৈ য়েংতুনা নুমিৎ তরেৎ য়াকা য়াথোক্তুনা সনা মীৎয়েং তারবদা, ১৪ নি শুবা ৺ামঙা ঙমদাইরগনি। অহৈ অশিং চঙতুনা মতু খরা ৱাইদা হৈতনা অহৈ শাবা, খঙদন অখঙ শাবা, য়াম্বনা অহৈবা, অখঙবদি লংলা-লংজীল থুপতুনা তাশিল থুপচিলনতুনা লৈগ্রনি। ফাংখোং ঙমদাইবা হৈংত্রবদি হাক্লা মতম কুইররোইয়ে। কুমজা মরীনা মাগী চাকতোল ফিদোল লোমলনি। হৈজরবদি খরা কুইনা ৱায়েল্লে।

মতুঙ পুঙ অহূম চায়নগনিয়ে। ককচীঙ মৈরম পাংবা অমা, থাঙহি ঙাংঙোই অনি অসি তাক্লগনি। মতুদা থাঙমৈ মার হনবা ঐরাং চীঙ্খৈ লাল্লূশ্বনা শেম্বদা য়াওগনি। মতু খরা ব্রাইদা নৌনা অমুক শেমগনি। নৌনা অমুক লেপকনি। গুরু মশক লেপচরবদি কুমজ্ঞা চুপচগনিয়ে। মতম খোঙব্রায় অসিদা ঐখোয় তরেৎ উনসি, ঙাঙনবা ব্রাশিংদো ফোঙনসি। লৈপাক মরা তপ্না অরীবা খুবম হনজিনশি। মতুঙ নৌনা অমুক ঙাঙনহুনা অরী অনৌ শিন্নহুনা ন্নুংঙাইনসে। হন্না অমুক অরীবা মপোৎ শেমগৎনসে হয়া হে॥০॥

**কে কেক্রু মোইরাং কেক্রু॥ নচা নম্বা শংঙাই নম্বা য়োৎকী পোৎলোয় লাইগী শমচেৎ লুপাক মথূম নাইদে॥ তমং খুংচা মবোল থোক্তে। কৈথেলদগী উকুনা কু কু খোংলনি। ঈতাখোয় খোয়নৌখোই॥ শগোল চেনসি লালজেলসি। সনা য়োৎপী চকুপ মানবী চকূপ চকায়॥**

ঙমদাই লৈতাই পুয়া অসীবু চীঙঙ্, খোংনাং থাবনা লীঙমলে। মায়চৌ থেংগ্রানা পানেল আগোর উপাক্তা খোর্চৈ থাঙমলে। লাংগোল লুখোই, ব্রাঙ্গোইখেমা, কমেং ফদিবা, শামুরৌ চিগোং, নম্বোল থোঙহিমাইবা, ব্রাঙূপাচি মখোয় তরুকনা পুক্নীঙ মরা তপ্না তাঙমজয়ে॥

নোংপোক থোঙ হাংলনি। ফিজেৎ তোলোক ঙমদাইনবা মরাকনা ঙম্বা ফিরোলগা থাঙহি ঙাংঙোই চীঙখাঙ তাবগা লৌতূনহুনা তিল্লূপ চারোল-মৌরোলনহুনা তোনা হৌবা মহাক্না কুমজ্ঞা খরা কংলা খোঙদারগনি। মতম অহু লৈপাক খরা

ৱাগনি। মপী মপা লৈতনা লৈবগুম নোংপোক্কগী নোংচুপ খোংদাৱকপনা ৱায়েল থৌদাবু ঙম্না মপা মচা শাগে নাতৈ শকখঙদা, লাইগী নোংদম থিঙমদা, মানা কৈদা পানঙমগনি ॥০॥

## কে কেক্রু মোইরাং কেক্রু ॥ ১ ॥

মতাঙ অসী শুবদা অৱাং খোঙগাখিবনা নোংচুপ খোঙকারক্কুনা থেংখাঙ মরীকতা সনা কংলৈ কংলাদা কাহ্নুনা লৈপাক্কী মুংঙাই য়াইফ থিহ্নুনা অরীবা মপোং থিঙমদা, মীপোং মীরলনা য়াইফ নুংঙাই মপুঙ ওইঙমদহ্নুনা মীখুংশু মীগী মপাল তাংলম্বা, মতমগী চীঙঙু নোংদম্বু মরায় লূকনা চংঙমনা মথকলোমগী অপকমানা ভুংদা থোকঙমলক্কদবা লৈপাক্কী অৱা থৌরম্বু কোকঙম্নবা থিঙমহ্নুনা শৈবু শৈৱেং শেমগৎনা লৈপাক্কী লাংদাই চূকফা মতম তাকঙমহ্নুনা পানগনি ; পুক্কিং মতোল লোম্লমদে। মথংলাংগীদমকপূ মফম কমলেল থাদ্বোক্কুনা নোংচুপ হারম খোঙদাহ্নুনা মীৱমলেন্দা তিনখিনি ॥ ১ ॥

* মমাংগী লমায় ১৬ তা য়াওখিবা "কে কেক্রু মোইৱাং কেক্রু ॥ নচা নম্বা······মানবী চগুপ চগায়" ॥ হায়না অসুম য়াওরিবা অসীগী অৱোইবদা "শৌৱা কৱা কমেগে কমেগে অফাতে উইল নিৱে।" অসুম্না শমথহ্নুনা পুন্না য়াওবা করিগুম্বা অনৌবা শিনবশিংদা থেংনবিগনি। মসি ব্রহ্মাদা মতম খৱা লৈরুরবা কনাগুম্বা মীওই অমনা পংহাপ হাপখিবমক্কী। অরিবা লাইরিক্তা থেংনৱোই।

## নচা নম্বা শংঙাই নম্বা য়োংকী পোংলোয় লাইগী শমচেং ॥ ২ ॥

মতাঙ অসীদগী হৌরক্নে। লাইগী শমজেং, চীঙঙ্ লাইগী ময়াথং নোংদমনা মরম কায়দনা শিনগ্রবদি য়োংকী পোংলোয়, য়োংনা শাবা খুংশু খুংলাইতনা অথৌবা অকনবা ওইনা মীরৌ লাং ওইরদুনা লৈপাক ঈরাং তোয়রনি। অঙন্না শম্বল ওইবনা মনা-মশীং চাদুনা লৈপাক রাথোক ওইগনি। মতাঙ অদুদগী হৌরে, থকনা খাদা লৈগনি, খানা থক্তা কাগনি। য়োংনা অথৌবা অকনবা ওইনা শিজিন্নবনি।

## নচা নমবা শংঙাই নমবা—নচা নমখিবসু য়াওরবরা ?

তুংদসু য়া ওরক্কবরা ? য়াওখিবনা মপা মচা, নচিন মনাও শকখঙনররোই। পু অমনা মশা মরোং য়ামখ্রনি। অহল মরা খুললিংদবা ওইরনি। খানা থক্তা কাদুনা ঙম্লনবা রাঙাঙ রাহৈনা মপা মচা খঙনররোই। নুপী কাংথং নাইররোই। মপু মশক খঙলরোই। নুপী লমবোইবী য়াম্লনি। নিপা মাইবা য়াম্লনি। নিপানা মাইবী শাদুনা লৈপাক মপী মপা শকখঙলরোই। নুপীনা অহৈবা ওইদুনা লৈপাক্কী মায়চৌ শারনি। ক্রুম চীঙবু অশি থোঙজীল চনদুনা লৈপাক মরাঙ হৌদুনা খুদাঙ পিক্ষম তৈনা ঙম্লনবা রাঙাঙনা শোয়দনবা লম লোম্মনি॥

**শংঙাই নমবা**=শংঙাই ওইনবা মতাঙ অসী হৌখিবসু য়াওরমলে। ঈনাউশা! ওইরমখিবসু উখরে। ঈরমলেলবু

মীরমলেল ওইখিবনা অনৈবনা ময়ায়দা ঈচেল ওইরনি। খরূও মপান্দা উচিনা খৌশাবা তম্লনি। শোরোক য়াংবী থক্তা লাইজ উঙাম থারনি। ঈনাওশা! মতম অদূদগী লেপ্পা লেপ্পা শিরনি। উনং লাই মাপলনা মথক্তা চীঙঙ্, মাগী শাইওন্না লমগী শানা খোংলনি। নখোয় ঐখোয়দি শক খঙদবনা লাংলও কুমমৈ খঙঙমদে। তাইবঙ মপোক লাংওননা তুবী চানা চংঙাংগুম মপুক্লা মথানা চংঙম্বা মখোঙ য়াঙনা চংঙম্বু ওইঙমদুনা ফম্বাল লাংবু লেংদা থোংঙমদুনা লমলেল তামনা বাইথুং ফম্বাল তালফংলনি। মী চাকনা ঈচিলচাক ওইনা চাবগনি মীপোৎনা ঈপোৎ শারনি। মীরোলনা ঈরোল ওইনা খুলিংনরনি হায়রকতুনা কান্নদে ৱাহৈ খরগী পাউরোদা মনীংশিংলগে। থোকপ্রবা, হৈপ্রবা, ৱোইবিবা ঙাক্তনি। মরম অসিনা ঈনাওশা ৱাহৈ খরা শন্নগে।

**শংঙাই নমবা**—শা উচেক্লা মচিলচাক ওইনা চাঙমগনি। চিলচাক তিন্নদবা মীওইগা চারোল মোরোলনতুনা চামিন থকমিন্না, শা ঙানা চৎপা শাজৎকুমনা ঈচিলচাক মফম পললেপফম নাইদনা চাঙম, হৈঙম লৈঙমগনি। হৈতনা অহৈ শার'ন। পোৎথি-পোলি থিঙম্বদা লৈপাক্কী মরা তৎতুনা ককলেল মীচাবীনা খোংলগা থাঙহি ঙাংঙোই লোক্তা, ঈরেন্দা শাৎপা লৈরাং থরোগী লেলফ মরা তত্তুনা ঈমায় থক্তা তাউবগুম নিংথৌ হৈঙম শিংঙমলোই; লৈপাক ঈর'ঙ তোয়রনি।

ভগী ময়েক্ শীংখোঙদা মায়কৈ মরী, শুংদাই নীপাল শীন্না তুনবু খরায় থাংলম শেমতুনা তাইবঙ মশক মচু হায়ঙম খঙঙমদবগা

শকখঙ মায়শঙনতুনা শুনশেম শুন্দারনি। ঈফমলেলনা মীরমলেলদা তিন্দুনা মীরমলেল ওইনা লৈঙমগনি। পোৎথি হৈঙম শিঙমনা লৈপাক্কী ঈথক ঈপোম, ঈপোম ঈহৌ চাউদম লাদম্নরগনি ॥ ২ ॥

## লূপাক মথূম নাইদে, তমং খুংচা মরোল থোকতে ॥ ৩ ॥

অঙম্বা নিংথৌনা ব্না ঙাঙফম খঙলরোই। মপ্তক্তা অকি তুজংনরনি। ঈনাওশা! মতাঙ অত্তু চীঙদা কারগা পাম য়ালল্লু। নিংথৌ অথোয়বা-ও! লোইপোৎ হাজো, নিংথৌ অথোয়বা হাওফি শেংলো লোইপোৎ লৌহললে।। তাউতিং সনা পাখংবা মোৎনা ফিশেং শেংলু, মাংনা চাকশেং চাও-ও, অত্তোনবগা ফম্বাল তোংবা কৌয়ে খঙও। "চীঙবু মমিং হায়রমগে" তোলোং চীঙবু কৌবনে ॥

**লূপাক মথূম নাইদে**—লৈপাক্কী মপী মপা মশক নাইনা খঙলরোই। লৈফম চাকম কাংথং শুবম খঙলবোইয়ে। মতাঙ অসীদা মণিনা লৈবা লৈপাক অসীদি রাদি লৈথক লৈখারোল থোরম লাকয়েল অমা ওইখরে ॥

চীঙঙ্ খোংনাং থাবনা তাকখিবদা ঔরা খোঙদাখিবা নোংচুপ খোঙকাবা, নিংথৌ অনৌবা মীপোৎ লাইরমনা চৈরম লাইরম শেয়নই। ঈরমলেলদগী মীরমলেলদা চৎতুনা মীরমলেলদা তিনখিবা নীংজবা পনদোম লোমখিদবা তুংগী লাকয়েল থোরমবু ঙাকথোক্কবা শীল্লম্বা নি থৌদি মপোক লাংওন অমগী খাগেম্বা মথংলাং পামহৈবা শ্যামশাই লাংওন তিন্নবা পাউরৌ হায়গে।

চীঙদা শাংপা ঈঙেললৈ, চিলনদনা কেনখিবা, হা লাং অঙাং-ও! নীংথিজদা তুংগী লাকয়েল শীল্লম্বা হায়বা নিংথৌদি মৈদীঙু কর্ত্তা চীঙথংখোম্বনি। মহাকনা লাইগী শমচেৎ থৌরমবু ঙাক্লবা লাইগী শমচেৎ ময়াথং অমা লীরমমি। মতুঙদি মথক-লোমগী ঈপুথৌগী লমল লৈনা শ্যামশাই লাইগী লমল লোয়্লমদরে। মতুঙদা লাংঙল অমা নিজে। মতুঙদা নবুধৌ পাখংবনা পীখরে। মহাক্লা চীঙথংখোম্বা ওইনা পোকলে। লাংঙন লাংদাই অমস্থু হায়রমগে। লাইগী শমচেৎ ময়াথং শোয়ফদবা ৱানে। অদুনা শকাব্দ ১৭২০ গী মতুঙদা মঙলালদা হায়খিয়ে।

তেংগোল অহুম অদুনা ওইগদবদি চহি ২০০ (চনী) গী মতুঙদা ওইগদবনি। ঐনা চহি ১০০ (চাম্মা) দা লৈগনি। অদুগ ঐ অমুক লাংঙল্লকান। ঐগী মতমদি মংত্রে। অদুবু হে চীঙথংখোম্বা! নঙনা হায়বা অসীদা ঐহাক অসীনা হীকতোকপা তৌরম্লরোই। নঙনা ঐবু ফংবা মফম অদুদা অমুক হন্না ঐ অসী পামেন থৈবোঙ পাম্বী ওইনা হৌদুনা পোকলুরগে। অদুদা নঙগী শাগৈ অহুম্না মশুং অহুম খোক্লা য়াম্লদবদি য়াররোই। ঐনা খোকঙমলকপা মতমদা ঐ অসী ঈবাইদা পোক্কনি। ঐগী ঈমিংদি বৈরিদেব কৌও। মতম অদুদা নি থৌ ওইবদি চরাইলোংবগী ঈনা ওইস্লো। চরাইলোংবা কৌবদি খাগেম্বা কৌয়ে। অদুনা নবুধৌ পাখংবনা লাংঙনবা চহি ৪০ তানবনা নৌনা চূক কাজৌ-ও ফমলেন লুচিং ফংগনি। ঐনা খোকঙমলকপা মতমদা ঐ অসী কবো নিংথী খোং-বান্দা চংঙমগনি। ঐগী ঈচুৎ ঈরেং শিন্না খোকঙম্বা অদুনা কংলৈ

পুঙমায় লেপতুনা লৈপাক অসী পানজহন্না চাউহৌসন্নু। মাগী থৌরম তেংবাঙনবা মশক কমনা অলম থোকতুনা কংলৈ য়াকাপূঙদা তিল্লপনরমলগা নোংপাক লৈরৌ চীঙদা খোঙগাহুনা মহৌশাগী বায়েলফমদা লেপনহুনা মখোই অহুম্না মশক অমা ওইঙমহুনা, মংলৈ খুবম পুম্বা সেমহুনা অনৌববু অরীবনা লোনমহুন। অরীবা নৌনা শুন্থোক্তুনা পালঙনহল্লগে। মবম পাউতাক অসি লুপাক মথুম নাইদবা মতমদা থোকখরে ॥ ৩ ॥

**কৈথেলদগী উকুনা কুকু কু খোংলনি। ঈতাখোয়, খোয়নৌখোয়, শগোল চেলসি লালজেলসি ॥ ৪ ॥**

কৈথেল পাউনা, হায়বদি কৈথেলদা মী য়ান্না কাবগুম মীরূপ মপৈ তিন্না মায়কৈ মরী শু দাই নীপাল শীন্না মফম মফম খুদীঙদা য়াকাদূনা কু কূ কু পাউজেল পাউতাক্তুনা শগোলনা য়াঙনা চেন-বগুম মায়কৈ শীন্না চেন্দুনা লৈপাক ঈরাঙ-ঈথক ঈহৌ হৌগনি। ঈতাখোয় খোয়নৌখোয় মরূপ মপীজা পুম্বা নহা অহল নাইদনা ঐখোয়গী পাউজেল অসী লৌনূনা লালজেলসি, অমতা ওইনা চেনসিনসি চেলসিল্লনি ॥

**( উচি চী চী খরুঙ মপান খৌশাবা শেন্দাং লাকই ফ্রঙ)**

খারং খাল্লং নগা পাখংবা মান। কোনবা লমদা খৌশাবা মনীং তমনা লৈরম্বা শেন্দাং লাকই ফ্রঙ। লৈপাক ঈরাঙ ওইনবা রায়েল নোংদম অমা লাকঙমগনি। মতম অহুদা মখোয় অত চেনখিনি। ঈনাওশা ! মতাঙ অসীদা নখোয়না লেংহন্ন ঙংবা ওইঙম্মু।

ব্বা অসী তাবদা থেংগ্রা মায়চৌনা হায়,—গুরু মতাঙ অতু নক-শীনমনখরে। নচা মনাওশিংনা হৈঙম শিংঙমখিরোইদমালে অমুক্তং খন্থবীতুনা লাকয়েল ঙমদাই লাংদাই থৌরম অমা অনীদঙ য়েংবীখো।

চৌঙকু খোংনাং থাবনা ব্বা অতু তাবদা হায়য়ে, হে—মায়চৌ থেংগ্রা লৈপাক অসীদি রাঙমগদোবেদা অতুবু নহাক্না মরম উতুনা হায়রবনিনা মখা ইথরো। হৈতনা অহৈ শারনি। মাগী ব্বা ঙম্নবা থৌশীনবদা লৈপাক খোয়জঙ খোয়দাররোই। অহৈ অশিং চালা লংজীল থিঙন্নরোই। মরায় লুক্না লৈতায় নুংদাই ঙমদাইব চন্দুনা পক্লীচ ঈবাচ ঈথক ঈপোন হৌগনি। ঙম্নবা লম্বী খন্দুনা নোংবা কাইদা লৈরনি। খঙদনা অখঙ শাবনা হৈতনা হৈঙম লুচিংতুনা ওয়ায় য়ুমফম ফমতুনা মশাগী ওইজনবগী ব্বাখন্না লাংদাই লম্বী ওইতুনা ঈরাং থৌরম লিংঙমসন্নু লৈপাক ঙমদাইবা ব্বারনি। হে কংলৈ নিংথৌ অপানবা মতাঙ অসী লাক্লবদি অরীবা থূবম নপোং থিনবা নপোং খঙনবা অহল মনাক্তা ফমতুনা ঙমদাইনবা হৈঙমজৌ। হৈত্রবদি তানফংজগে থৌরাংবা ফমলেল লুচিংবু মরায় তাঙজ লুকঙমখনি। ঙমদাই লম্বী চুম্নবদি তানফংজবা ওইগনি। চাইরিক কোয়না থিজনজৌ। মহৌশাগী নোংলেল য়াকা খুন্দীন পূঙ থূবম থূনশেম ঙমদাইনবা য়েংঙম্ববু মখোঙ লেম্না লোইবী নোংলেল খুদীংদা খোঙগা যম্বাল লাংগা। বংলৈ ব্বাংমা নোংমাই খুরৌ চেনবা পাউদা য়াঙবী ঈব্বায় থেলদা শেক্তা য়াঙবী শাংদম্না তুবী য়াহীপ য়াবা মতম অসীব্বাইদা খোঙদা খোঙগা মাইকৈ পাংনা লৈতায় ঙমদাই থাঙমজগে হয়া হে॥

ঙমদাই পূয়াগী ওইরক্লবা অমা হৌঙমলে। নোংপোক খোঙদারকপনা নোংচুপ হারম পানফহুনা লৈপাক লৈপাক ঙম-দাইহুনা লাংদাইনবা অতোনবা শাকৈনা ফমলেল লুচিংঙমলৌহুন অমরক হন্না থাঙমৈ মায় হনবনা মাকমৈ পাঙনা খোঙদা খোঙ-গারক্কনা কংলা মোংবা ইরাল-য়ায়দা অনৌবা উরেপ (যত্রা) হুন্দুনা লৈতাই ঙমদাইরগনি॥ ঙমদাই লম্বী চুমদ্রবদি ওল্লকপা লাকয়েল কূমজাদা থক্না খাদা থংগনি, থানা, থক্তা কাগনি। ঙমদাই লাংদাই মফম লাং, নোংপোক ঈরায়থেল ওইদা পুঙ ময়োঙ রাকায়খোল, ঈরম লাংগী পনথেংফম, খোঙগী লমঙা ঔরাংপাং, গুরুগী শীঙেঙল লৈরাং উতুংলৈ মখোঙদা সনা চৈনা পান্দম্না, লূপা চৈনা চাংদম থানা লৈতায় ঙমদাইজৌ; নুংঙাই য়াইবী মরা তপ্না, পুন্সি নুংশাং ওইঙময়ে। কংলা ঔরাং লমলোনদি তুবী খরং মকোকলেলগী মৈহৌ মৈতোল তোন্ননবনি। রানা হাইনা খাঙফমনি। নুঙগোয়বীদি অনীনে। চীঙঙু গুরুগী য়াঙবী থা-নফম শল্লাই তরেৎ তিন্নফম, গুরুগী য়াঙবী চূকথা-থেল, গুরুগী হকচাং কংনা পুঙ, পামেল চূক-শেল অহুম লৈঙয়নে। শোকউন্নু, কুমজা লৈনা ওনবদগী লৈপাক্কী রাথোক শৈহৌরে। ঈঙস্ত ঈঙভি ঈঙঙমদে, রাম্ভ ঙমমি রাঙমদে, হয়ি হে॥ ৪ ॥

## সনা য়োৎপী চকুপ মানবী চকুপ চকায়॥ ৫॥

রাশেল থৌদা ওইনা সনাগী য়োৎপীনা হাজঙ থাবগুম্না ইরঙ লংনা চঙখোনবা ঈ-পোৎ ইরল থিজহুনা লৈশেম খুনথোক্লবা

থৌরাঙ তব হৈঙম-শিংঙমদবনা অহৈ-অনিং শানজুনা চকুপ মানবী ঈতোয় তোইনা কায়গদৌরে। মতাঙ অসী হৈ-শিংঙ্। চকুপ চকায় অঙম্বা, নিংথৌ, লৈপাক পুক্লীঙ অমত্তা তিন্নজুনা ঈরূপ মীরূপ নাইজুনা ঈরাঙ তোয়না পানঙম্বা চকুপ চকায় কায়রনি। মতাঙ অমনা কংলা নুংকে নাপোমদা অঙানবা নিংথৌ পাখংবা চীরোঙ তন্না মন্নী লোঙদূনা নুমিৎ চয়োল অমা য়াংথোক্কনি। মহাক্কি লৈপাক কোয়ঙমখিগনি। মাগী ৱায়েলনা খোঙগারক্লে খঙবদি পাউনম হিদেল ঈরেন্দা খূরায় খূনফলাম্ব। শেক্তা য়াঙবী শানমদা লৈরাং অসী ওইনা হৌজুন। মরোঙ মকা মবী ফাংনা শাংলনি। মতাঙ অসী ঙাইঙম্নবা ঐস্থু থোকঙম্লক্কে, নখোয় থ্বায়স্থু থোকঙম্লকও, ঙশ্বা মখৈ সেমগত্তুনা অরীবা ঈপোং মাঙদনবা অদীবা নোনা খূম্থোকতুনা খূন্দাসি! মতাঙ অজু লাক্লগা মশক ঈশক খঙনসি। ঐবুদি নখোয়না থিঙমজন্নগা খঙঙমজে! নখোয় থ্বায়স্থু ঐহাক্কি। ঐহাকস্থু নখোয়নি। ঐহাক মহাকস্থু থানদে। মতম পুন্নমক্তা থানদে। লৈপাক শৈরেং ঈরাং পুরুম খৌনি মথূংস্থু ওইনা পায়ঙমলগদবা নহাক্কনি। হে—থেংগ্রা মায়চৌ-ও! মতাঙ অসীদগী হেল্লবদি নঙ ঐগী শেমথনবা ওইঙমলরোই। হে মায়চৌ থেংগ্রা মতাঙ ওইরে লোমললসি হয়ি হয়া হে। ॥০॥

## ( চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্লা থোকপা )

মতম খন্না লৈরগা পণ্ডিত তান্না চাবা তুলসীভাসিং য়াম্না কন্না নারে। হায়বা পাউ অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা তান্নজুনা নিংথৌ

মাইবা কয়ামুক পুরকতুনা খরায় লায়কন্নবা সনা খোঙলেঙলকই। মতুদা পণ্ডিতনা মহারাজগী মফমদা হায়খি, মহারাজ! ননাই ঈপুদী শ্রীযুৎনা লায়কন্নবদা কয়া খুদোং চাররোই। ননাই ঈপুনা শ্রীযুৎকী সনা চরণ উজনিংবদগী ঙাইতুনা লৈরম্বনি। ঙসি ঈপুনা হংগৎপা ব্রা অসী মতম চানা সনা পুক্লীঙ তৌবীয়ু। সনা হাক্তক অসী ইকায় খুমনৈদি হায়ববু খুমাঙ থোইনদী চাওশিল্লোই। মীরোল ঈরোল লোলদিন্নবা ওইতুনা মীরৈবাওগী লাক্কুনা মরূপ খুন্দারগনি। লৈপাক্কী অচেং অকোম য়েংগনি। মখোয়না শ্রীযুৎপু মাঙননবা হোৎনবদগী মিংচৎ হেনগৎবনি ; মখোয়না তা॰বা লম্বীদি লেঙদবা খুবম ওইতুনা পনচাক পনচেন ওইতুনা ময়াং তোকঙা শাবনি। নচা ঈবুঙঙো অনীদি লৈপাক্কী মপা মমা ওইনবু কূমজা খরা পাল্লনি। হাক্লা-মক্তি নুংশাংলোই। নচা ইবুঙঙো অমগী হাক্তক্তা মরূপ তোকঙা শাবন য়েক্নবা তিংখং ওইতুনা লৈপাক মরা তৎলগনি। মরূপ তোকঙা শাবনা খুন্থোক খুল্লিংথোক ঙমতুনা চাদবস্থ চারনি, উদবস্থ উররি। খঙদবস্থ খঙলনি। ফংদবস্থ ফংলনি। নিংথৌ নহাক্কী মতৌগুম মনীং তম্না মমিং চৎনা পানজবস্থ ওইঙমলোই॥ মহাকথক্তা মরূপ তোকঙা শাবগী খুন্থোক খুনমেন মমী শাম্বা ওই-ঙম্মনি। মহাক থক্তি কদৌদে। মাগী মহুৎ চৎঙম্বা মথিক-মথা ফনবদি হাক্লা মতমদি নুংশাংইদি হায়ববু ব্রাঙমদনা পানঙম্ববু ওইগদৌরি। মহাক থক্তা তোকঙা মরূপ তাগ্রনি। মথীক-মথা ম্রাঙবা নিংথেমদো মরূপ থোগল ঙমদাই কাইবী হৈঙম্লগা লীরোল চুপ্পা পানগনি। লৈতাই ঙমদাই হৈত্রগা মহুৎ লাংবা মরীনা

লৈপাক চুপয়ৈ চুপফানি। মহাক্তি ৱাখৈ পন্থোং লাল্লুম্বা কৌবস্থু মহাক্কে। মনীং থুংই, থুংদেদা, অহৈ অশিং শাঙম্বস্থু হৈঙন শিংঙম্বদগী মতৌক মঙাল মাঙঙমমে। মহাক্না মপোৎ মশক খঙদবনা লৈপাক্কী মীয়াম অপুম্ববু মপোৎ মশক থিঙমলোই। অহৈবশিং য়াম্বনা লৈপাক ঈরাং তোয়রনি। ঙমদাই লম্বী খঙনা নাউথেম নাউশুম হৈরবদি মৈতৈ নিংথৌ তাকঙমলোই। "তোক্না মোম্না পুঙ" দা নাউথেমও! শল্লাই তরেৎ মউ-মখোঙ মুৎহৈদে। মদো পুঙ মায়য়োল লৈপাক তাইঙমফমনি। পুঙমায়য়োল মরুখোং চোৎলগা ঈরম মীরাল ঙমদাই চুপথা চঙম্বা ওইঙম্মী। মচু তরেৎ পোক্লফম পুম্নমকস্থু খঙনৈয়ে। মীথোয় মীহেন্নফমনি। নিংথৌ খুবম চেৎফমনি মফম লাংবু য়োজবা মৈতৈ পোইরৈ নিংথৌবু লৈপাক ঙাকপা খঙজৈয়ে। [illegible] তরেৎকি পোক্লফম মরূখোংস্থু কৌনৈয়ে ঈথক ঈরাঙনা থুমগ্রবদি মৈতৈ নিংথৌ তাকঙমলে। মত্থাদ অৱাং লাললুম পনশাবা মার হনবা খোঙগাবনা ময়ায় লেপ্না ৱায়েলগনি। শল্লাই পুন্নমক মউ মশা মরোং চুম্ব। ঙমখি-দ্রবা মখৈদি মতুঙ ঈস্থু তাকঙমগনি। লৈপাক লৈপাক তুনা মপাল মরা তাকংমলোই ঈচেল ঈথক ঈপোম হৌবগুম পানঙম্বদা থোকঙম্বা মওং ওই। শা-পাউ, লাল-পাউ কল্লি খুৎলায় থোকঙমলোই। লৈপাক তাকঙমলোই নিংথৌ ॥০॥

**ক্বাক ক্বাক করি পাউনো? ময়াং পাউনে? ঈচা খোমদোন মৈরোবী লাকপরা? লাক্তে। অহীং অমত্তা লেক্কে? লেকফদে। চাক চাখোম অমত্তা চাগে? চাফদে ঈশিং খুজোক অমত্তা থক্কে? থকফদে। সোমদা**

চৎকে চংফদে। নকোক কাগে? কাফদে।

নক্রাঙ লীৎকে?

লীংফদে।

হা—খোমদোল মৈরোবী চেৎনা য়াল্লুকো,

হোয় হোয় ॥০॥০॥

## ওঁ চীঙডু গুরু পুয়া

লাংবন খোয়রবনা খোইহাবোল, শাহীং লালহিং ঙান-রৈ পোইরৈ তাম্বদা গুরুনা লাংওন্দুনা নোংপোকলমদা মমিং "তোলাইরাম" কৌনা পোক্কনি। চীঙডুনা হায়—পোম্বীনা গুরু লাংওনবদি মতম শুরক্লবদা কৌক্র পাংনা চৎকদবনে। ঐ হল্লক্লরোই খঙনসি। থাঙম অতাম্বদগী চেক্লানা ক্বাক ক্বাক করি পাউনো? ময়াং পাউনি। করি হায়গেগে? তহীং অমা লেককে; লেকফদে। নকোক কাগে? কাফদে। নক্রাং লীৎকে - লীৎফদে। হা—খোমদোল চেৎনা য়াল্লু, হোয় হোয়॥ অসুম্না মালেম্বু লালজাউ থোক্কদৌরিয়ে। শেল চকুপ চকায় শারনি। য়াংমাগী মতম ময়ায় তালফংলে। পোইরৈ নৈরপাকস্থু অরী অনৌ খুনথোক খুললিং ঙমতাইনগনি ॥০॥

গুরুগী থোংখোং পামৈব শেমলক্লে। গুরুগী ফাংখোংদা রাতূরনি। মৈনীং চৎপা শারম-চাক গুরু অহুম তান্নরগনি। নোংদোল লাই নূরা তরেৎনা ঈপাম মৈহৌরে "হায়না লাংজিং মৈচাকলে মৈকললু" হায়বা মতাঙ লাকলে। ঈচু নিংথৌ য়াওরিবরা খাম্বী মৈকললু" হায়ন নোংপোক গুরুনা কৌক্র পাংনা লাক্কনি। মতাঙ

অসি থূমন গুরুনা কোরৌ নোংখোং কোয়রবদা, নোংদাই হৈবা ঈবুঙঙোদা মালেম নোংখোং কায়রে। লৈতায় হৈবা গুরুগী মেন-পূঙদা খুরু খূদক যনশা লৈমায় থক্তা তানা য়াতূরনি। য়াংগোই শামু অঙৌববু শাহুনা গুরুগী মখোঙগুল লীরকপদি য়াংগোই শামু অঙৌবনা মেনপূঙদা থাংগৎপা মতমনি। ভূবী লাইরেল মরূমবু মতাঙ অসি থূমন গুরুনা উরহুনা মমোম তক্ষা ব্রাঙমলোল পান্থোইবী লৈমরেল লাংওন চঙখোলবীবু য়াইগা লোয়নহুনা কৎকদনো। মতম অদূদা তাইবঙ সোরালেল নমু পোংহনবা লাংওলবনা মিকূপ অহূম শুবদা অতিয়া গুরু শিদবদা ঈমা লৈমরেল শিদবী অহূম্মা মঙকাঙ-রমগদবনো পুং অহূম শুবদা লীরী য়াংবা সনা মহী অমদি পাখঙবা অনীবু উনরগদবনে। নুমিৎ নীপাননি শুবদা মালংবু ঙালগদবনে। নুমিৎ তরানি শুবদা মালেম কোয়খিবা নরোল লাইনিংবু শংসং ফাওরগদবনে। নুমিৎ কুন্থ্রানি শুবদা মালেম তেকপি লোকলৌ-কোন্দা পামেল উখালোক তরেৎ শেললম-খায়, তারানা চাকশৌ য়োংশৌ লাংনা পামেলগুম চাউথোইরগদনে। ভূবী লাইরেল মরূমনা ফম্নাংমৈদা কোনজংলগদবনে। লীরী য়াংবা সনা মহীনা পাখঙববু খোইয়ুম মহাকনা লাংপুম ওইহুনা তাইবঙ পানববু ফগদবা লম্বীবু শেম্বীগদবনে! অসি হায়না গুরুগী য়াথংনা পাউতাক পিখিয়ে। ॥০॥ কংলা য়েনকাউ-পূঙদা লোলতৈনবা অনগী সনা উরেপ (যাত্রা) হুললরবদি ফাইরেল থাগী তরাতরেৎনি পানবদগীনা ইঙেল থাগী থানিল ফাওবদা য়েংউ, মহুদা শোয়রবদি মাবু হুনখিবা নুমিৎ মতম অদূ ফাওদা খঙগনি। লৈপাক কায়গনি, নিংথৌ নক্কম শিনগনি শোয়রোয় ॥০॥

## কাইবরোল (১)

লাইয়িংথৌ পাখংববু ঈথূৎ ওরামানা খুরুমনা ইজরককে। হে লাইয়িংথৌ খাগেমবা-ও ! নপোক অহূমলক শুবগী হাকতক্তা মৈতৈগী পারী পুরী খৈবাকপু মনখিরগদনে। চাকচা ফিজেৎ অমা তৈরগদবনে। খোইয়ুম লাইফঙথৌ মাপনমানা তৌরমবা ৱানে। অদুগী মথৈ লৈপাক মথক মখা ওল্লগদবনে। উম, লাই মাপললমা, থয়াঙলোল; তাউবরোল, খাকপলোল অসী খৈবিককী ঈরাংস্নুঙ হুলতোকলগদনে। নোংশা নিংথৌবু মমা শাহুঙ লৌচাওবীনা পোকপা মচা কৈগী নিংথৌনা মপা নোংশা নিংথৌবু নোংপোক লমদা তালথোকলগদগেনে। নিংথি মপান্দা নোংশা থৱাই মাং-লগদনে। মাগী মীচৈনা লৈপাক অৱাবা নংলগদনে। লাই পাখংবগী শোক ১৬১১ শুবদগী হৌনা নোংপোক লমদা ফিডৌ ফৌরগদবনে। অদুগা তুলাই ময়ামবা, খোইয়ুম হায়বা মশাওনস্নুঙ নোংপোক লম চহি ৮৩ লৈরুগদনে। মৈতৈ খুলফম মাঙলগদগেনে। মপা মচা খঙনরোইয়ে। মচিন-মনাউ চান্নরোইয়ে। নোংচুপ লমগী বামোননা ৱায়েল থৌদাদনা পাললগনি খঙও। অদুগী মতুঙদা মৈতৈ খুনদা অহানবদগী হৌনা চহি ৮৩ শুবদা তুলাই ময়ামবা পাইরককদনে খঙও। মানা অমরক হনজিল্লকবদি হে লাইয়িংথৌ খাগেমপা নঙগী মপোক ফাওরকতনা বামোনগী লাই তৌন তান-থোকতনা তূবী নয়োল চোংনা ফাওরবগা লাইরেল ফললাংমৈদা তোংদনা মৈতৈ লমচৎ অশীবা অমরক হলচিললগদনে। নোংচুপ লমদগী শাগৈ অরীবনা তৌনথোঙ-লাইথোঙ খঙনা থিরগদবনে।

নোংদম নোংখাইবীরগদনে। ৱায়েল থৌদা মৈথাঙ লোমলগদনে। অদুগা লাইরেল নিংথৌনা মরুম কোক্লগদনে। মরুম অদুবু মৈতৈ লৈপাক্কা ফাদনা ফল্লাংমৈদা ভোংহলগদনে। চহি কুনগতরেৎ (২৭) পাল্লগদনে। লাইরেল মরুম অদুগী ধারনা পানগদবদি চহি চনৌ য়াখৈ (২৫০) নে খঙও। লাইরেল মরুম কৌংদি চরাইলোংবগী শারনে খঙও। অদুদৈদা চরাইলোংবনা তাকনাখাদা শাদালদৈদা পাখঙবগা কোম মপান্দা ভাঙনদৈদা লাই পাখঙবনা "নঙগু থুপখিরো ঐসু থুপখিগে" হায়দৈদা ৱাংথৈ কোইরেম্বা য়াইস্কুল লাকপসু য়াওয়ে পাখংবনা হায়ে—"নঙ কনানো" হায়য়ে। ঐদি ৱাংথৈ য়াইস্কুল লাকপনে হায়রবদা পাখংবনা হায়য়ে, 'চরাইলোংবা নঙগী ঈ পীরকলো। নঙগী থা তরুক্কী গর্ভদো ৱাংথৈ ময়ুমদা পোকলগুনো, অদুনা হয়েং যুগ অমদা পাল্লগুনে।" হায়য়ে। লাইয়িংথৌসু তাকনা-খাগী কোম মপান্দা থুপখিরে। অদুদগী হললকলবগা চরাইলোংবনা মতু থা তরুক্কী মীরোলবীবু ৱাংথৈ কোইরেম্বা য়াইস্কুল-লাকপদা পীনরে। অদুনা মচা নিপা পোকয়ে। চরাইলোংবনা মমিং থোল্লময়ে "চাউবা" কৌএ। লারৈ লাথুপ কৌবদি অসীনে। খঙও ॥০॥

হে মীরোইবা শিং-ও, অশাই হায়খিবা মৈতৈনা নোংপোক লমদা চংখিবা মচিল অহানবদগী হৌনা চহী কুমশীং মরিফু হুমদোই (৮৩) শুরকলবদা পাখঙবনা কোলজংলক্কদনে। মশল লাবা কোলথিরগদনে। মনাই লাবা যুমজঙলক্কদনে। তয়ুম লৌরম চনু পুম্নমকসু মাগী মাগী থুলফমদা হলজিল্লগদনে। মপা মচা শাগে ময়েক খঙনা, নুংঙাই মরাঙ কায়না পাল্লগদনে। কৌব্রুগী লাইশং

অঙৌবশুং নোংপোক লমদগী লাক্কুনা ক্যাং য়িংখোল চহুই পোক-পীদা লৈরগদনে। লাইরিক অসীদা হায়রমবদি, "মাইবী থাকি, লাংকোল লুখোই, লৈশাংখোং খোমা ৱাহেঙবম খরোমবা, নিংথৌচম কিয়াম্বা, ৱোক্রম থৌকানাউচম, শোয়বম লাইথংবম, লাই মনাই, শাগৈ মাপলমা লোয়ননা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা হায়রম্বা ৱানে। কাইবরোল কৌবা লাইরিক অসিদো তীনফম লাইফম, তীল্লী লাইরী অসিনা লোমলবনে। হায়রমলবনে খঙও। তাইপঙ পানবদা লৈরিবা মীওইবশিং-ও সোরারেললনা লোং মথক্তগী কাপথহনা মীৱোইবগী মরম খঙনবা ( ধর্ম্ম, পুন্য ) তৌবা মীবু নোংদোন্দা শোক ১৭৯৮ দা শিথরক্কনা ঈঙেল থৌৱাল অনিমাদা শাগৈ শল্লাই তরেৎনা মাগী মাগী ঈমফমদা হনজিনবা হৌরগদবনে। অসীগী পান্দমদি লাংৱোন নিংথৌগী য়ুগতা কৈরোয় পুন্নমা হাও, ময়াং পুন্নমকস্তুঙ ঙমনা চাউরগদনে অসীগী মতুংদা নিংথৌ অহুম য়ান-নগদনে। নিংথৌ অমা শিয়ে। মতুঙ য়িনবা মী চাতরেৎ (৭০০) শিগদনে। লমবী ফৈজৈ লাকপা ফুলবা, তূরেল ফাৎপা য়িমফম হোংকৎপনা তীল্লী-লাইরী তীনথোঙ লাইখোঙ পুন্নমা লাংৱোল নিংথৌনা তৌরমগদনে। লাংৱোল নিংথৌদগী শিল্লবা নিংথৌদি লাইরেল মরুমনা কোকপা নিংথৌনা মাগী হাকৎক্তা নোংপোক লম ফিঙৌ ফৌরমবা হল্লক্তনা মৈতৈ লৈপাক্তা ফিঙৌ ফৌরগদনে। তেৎরপুঙদা মী লখা অমা লাককদনে। কোঙয়াঙফাইদা মী লিশিং অমা তাগদনে। লৌ অমদা মী অনী চিকশীলনরগদনে। হে মীৱোইব শিং-ও। নঙগী নঙগী লৌরী য়ুমফম চেৎনা তৌজো ও।

হায়খিন্নিবা খৈবীকতো থেঙক্রুক্সম অমুনা চৈথাবা চহি মরীফু হুমদোই ( ৮৩ ) থা তরেং (৭) নুমিং (৭) নিদা লোমলগদনে। লৈপাক লাই, নিংথৌ লাই, উমংলাই মাপলমা শাথি রোইশুনো। পণ্ডিত মডামানা হায়রমবা ৱানে চেংলো, য়েংবা হৈ-ও, খাঙবা কললো, শোয়রোয়দবনে। শোক ১৭৯৯ দা সোরারেলনা কুমলক্তুনা মৈতৈ লৈপাক্কী য়েরুবা খৈবীকতো লৈতনবা খামলগদনে অফ-ফংতা খলদনা সোরালেনা পোঙকল লীরুঙ তিংথংতুনা ফংতবা মীগী মথৈ ডমনা হাৎকনি। অফবা মীদি হিংগদনে খঙও। মীগী ময়ুম মৈ থাবা, ষল হুবা, নাই হুবা পুমননা ঙমনা শিগদনে। হৌরগদবদি কাইরেল থা কুনগা মডানি পানবদগী হৌদনা কালেল থানিনদা লোময়ে। বামোননা পুথোরকপা ফিশেং-চাকচা খৈবীকতো তোকলগদনে। য়িঙেল থাদগী হৌনা বামোন শাগৈ পিকলগদনে খঙংো। অসীগী মতুঙদা উমংলাই মাপনমাদা মী পীরগদগে॥ খা, ৱাং, নোংপোক, নোংচুপ খুতুম চল্লগবদনে। লৈপাক ৱায়েল চুন্নগদবনে। লৈপাক নুংঙাইরগদবনে। চতি চহুম (৩০০) শুনা পাল্লগদবনে। লাইরিক অসিবু থাজদরবদি নহাক উৎকুম তুমও, চেংনা তোজো-ও॥

হৌজিক্তি পারী পুরারিবু হায়গে অঙোমনা নিংথৌজাবু তালখোল্লদনা নিংথৌ রোইরবদা লৈপাক অৱাবা ফংলে। অঙোম পানবা ঙমদরে। অতুদা অঙোমনা নিংথৌ মচা কদায়দা লৈবনো থিরক্লে। লৈচোল লাকপা তোলোং খোম্বা চানা পোকপা চাঁইঙা য়াঙববু লৈ হায়বা তারবদা, অঙোমনা লৈচোল লাকপা তোলোং

খোম্বা চমুদা হংয়ে তে য়িবেম্মা নঙগী নচা চীঙঙা য়াঙববু লৈ হায়য়ে। নিংথৌ শেম্বীগে পীয়ো হায়রবদা অপানবীনা খুময়ে—"লৈতে" হায়রবদা, অঙোম্না হায়য়ে। কিগনো হাৎলোয়য়ে; নিংথৌ শেমবীগে পীয়ো" হায়রবদা। অপানবীনা হায়য়ে "হাৎলোই হায়রবদি ব্রাশক ও" হায়রবদা। অঙোমনা পুরৈরোনবগী লাইমল থক্তুনা ব্রাশক্লবদা অপানীবনা মচা চীঙঙা য়াঙববু পীরে। অতুদা অঙোমনা চীঙঙা য়াঙববু নিংথৌ শেমবীরে। অতুদা চীঙঙা য়াঙবনা ময়াম্বা মৈতিংঙু চলামবনা পোকপা নুংয়াম্ববু ফৈবাক্তা পুখৎতুনা য়াম্মাগী মচানে হায়তুনা নিংথৌ শেমবীরে। পুখৎতুনা মেনদা ফমহল্লে। চীঙঙা য়াঙবনা কোন্দুনা কামিন্নৈ অতুদা মুঙয়ামবনা হায়য়ে—"য়িপাতোল নঙনা তৌবা অসীদো য়িপা লৈতবরা হায়ববু য়িপা লৈরে হায়না মুঙয়ামবা মপা মচা কোন্নদনা কপমিন্নরে। অতুদা মৈতৈঙু মুঙয়ামবনা হায়য়ে—"হয়েং য়িচা য়িশু লোনদা কাউদশুনো" হায়না ফুংগা অমা পীনরে। অতুঙৈগী মথৈ ফম্বাল নাই পীবা কৌবদি অসীনে। নিংথৌ ময়ামবনা চীঙঙা য়াঙববু পলবীয়ে—"য়িপাতোল। নঙগী নচা নশুগা হয়েং খামবী মৈনা মুংতরিবা মথৈ, য়ীশিং খোংনা কংদ-রিবা মথৈ পালমীন্নসে। য়ীতোল নঙগী য়ীবু ঐগী য়ীনা মীরায়রবদি নিংথৌ রোইবস্তুঙ চহী লেমদশুনো, অফবা ফংদশুনো থাঙদা লেপনা চংশুনো" হায়না পীরমলে। "ঐগী য়াথং অসীদে কৌরো নোংদা কাফরোই" মালেম লৈদা তাফরোই" হায়রনয়ে। য়িতোন নঙগী

* নিংথৌরেলগী মখাতানা অমা হৌরিবা মথক্তা মতাঙ অসী লাইরিকসিগা শাগোম্নতুনা য়াওরম্বা মরম অশুম য়াওহনজরি।

য়ীমনাক্তী "ৱাংকৈ" কৌও হায়রময়ে ॥ অসীগী মতুংদা মৈতিংঙু খোংনামবগী মচা কোংয়ামববু কৈরেলদ লোৎলে হায়ববু তারবুনা পিবানে, মাঙফরোই হায়দুনা পুখৎলদুনা ৱাংখৈ লাকহল্লে। নিংথৌ মুঙয়াম্বনা "পিবা মীরায়ফরোই, মীবায়রবদি য়িচা য়িশু উৎকুম তুমজও" হায়রময়ে। মনাউ অঙোনববু লালথাবগী য়ীদি নোং-থোলবম, য়িরুঙবমনে। লমমোমবগী য়ীদি খুরায়লাকপমনে। খুরায়-লাকপমগী য়ীদি খুরায়লাকপা অচৌ মযিমনে। অসীদি সনা য়ীনে। খঙও; নোংপন বননা ৱাইপমাদ থোগল নাই লৌখৎপিয়ে। নোংথোলবম খোংজি ভাবা ৱাইকোকনে। নিংথেম চীঙখংখোমবনা লৌখৎপিয়ে খউও। নোংমৈকাপপমদি খোইবু খারলবগী য়ীনে। নিংথেম খাগেমবনা থোগল ফংয়ে হায়না লৌখৎপিয়ে। তেনশুবমদি অমাকচমনে। নোংমৈকাপ্পমদা পকচবনে॥ ০ ॥

## পণ্ডিতশিং থূপ্পা

শকাব্দ ঃ ১৬৬৭, খৃঃ ১৭৪৫ শুবা মতমদা লৌরেমবা খোংনাং-থাবনা পণ্ডিত মচা মনাউশিংগী মফমদা লাক্কদবা মতুং চহি ২১৮তগী হৌনা ৱোইগদবা মশকতো হায়গে তাও-৬। লৈরোল নোংলোল নাপনদগী অয়েৎ লাইবু লাক্তনবা মায়কৈ শুংদাই মরীদা চীঙবা পললোল মাপন শারা লৈঙাল লৈথিংলাই থমলিববু তীনখোং লাইখোঙ থিদনা লৈহাঙ লৈফূকলূবদগী লৈপাক্‌ লৈপাক্‌ পুমবা কোরৌ মুমিং মাপননি অৱা লৈখম তাদুনা মুমিং সনা ঈড়া চেনবা লৈমুং থৌরাঙ ৱোইরনি। অৱাং চাওগোল য়ীরেলদা লৈথমলমবা

লাইমিং কোলোয় লাইমিং মশক মঙানবু লাকতুনা খুনগংলদুনা "ক, শ, ক" গী মতম লোইরদুনা কংলা য়াঙবী লেপ্লনি। অনৌবা তাকলে। অরীবনা খুল লেপলনি। মমুঙ অদুদা রাহৌ রাঁরোয় লাংদাই পুঙদা মশা তরেংনা লুচিংদুনা মউ অনীনা পাউহংলবা হুমিংতো নঙগু ঐগু লৈপাক তানখোং ময়ুং শাংনা, লেমখোঙ মকৈ পাকনা তানফংনবা খোশীল খোবু য়াওঙমলগদবনি। অসি মতুঙদদি অমুক খোকঙলকপদা লাংওন-লাংদাইগু পাউজেলসি। খুদক অদুদা পণ্ডিত মখোয় তরুকগু লাংগোল লুখোইবু হনলকপা উবদা অমুক হল্লক্লুনা লৌরেমবা, থেংগ্রা অনীবু পূরুমমি। মদুদা খোংনাংথাবনা য়ীচাশা নখোয়সু অমুক তননা হল্লকলি। লাউ নখোয়বু হনকম নয়ুম খঙলবরা? মরু ননাই ঐখোয়দি খঙজদরি। তাও ঙসি হায়রমলগে, নমবোল খোঙ হিমাইবা নঙনা খু্পফমদি নমবোল হৈবী মখোঙদা হনঙমমু। রাহেং খেমা পণ্ডিত নঙদি লাংথবাল ভেরা অঙৌবা মখোঙদা হনঙমমু। পণ্ডিত শামুরৌ চিংগোং নঙদি হিয়াংথাং উকোল হৈক্রেং মখোঙদা হনঙমমু। পণ্ডিত য়ুমনাম তোম্বা নঙদি ভেরা কৈথেলগী ভেরা অঙৌবা মখোঙদা হনঙমমু। কমেং ফদিবা পণ্ডিত নঙদি মাকলংগী হৈবী মখোঙদা হনঙমমু। বাংমু পণ্ডিত লাই উকোল হুঙগী উমুঙ অতোপপিদা লৈঙমমু। শংলেল মপু লুখোই নঙদি লাঙগোল হৈরিবু শঙনা লৈঙমলকউ। অরা লৈথিং লৈঙাকপদি লৈপাক অসীগী চুকলেল কংলৈদা মরী, মায়কৈ মরীদা মরী লৈবা খোঁদু নুঙ\অঁমা লৈথমবনে। লৈকম মাপল অসীদা লৈঙাক লৈথিংনা লৈপাক লৈকল্লবদি অরা লৈকনবীনি

মতুঙদা লুখোইনা হায়য়ে—নয়াগংবু থৌঙম থৌবুজগনি মাদুদা খঙলে লুখোই নঙগী নবুক লুবাকতো। ঐখোয় অনীদি (লোয়েম্বা থেংগ্রা) নোংলেল লৈহৌ পুঙদা হনঙমতুনা খললোং নোংচুপ কোৎশাবদা লাইগিং পবৈ থাগনি ; থুপনফমবু য়োইগে। হন্নফমনা শরাং নাদ তুরৈদা ঐগী হননা থোকনফমনি। নাদ তুরৈ অহুম ফাংবনা মরু মচা মপাগী হাননা থোকনফমনি। অমনা অনীনি, অনীনা অমনি। অনীনস্থ অহুমনি। উনবদি য়াহৌ য়াবোই লাংদাই পুঙদা নখোয় পুমবা উনতুনা থৌবুনবা তৌঙমমু। মতমদি য়ীচাশা চগুপ্না লৈহৌনি।

তোং তোং কাংক্রুমবা,
চকক্লক নাক্লক ককরায়বা,
থা থোই কোইদ,
তেমমু তেমমু মতোল সনা চিং-চৌ,
য়ামমো য়ামমো,
নক্লু খেনচোং মখেলচোং
শরী য়োংখম লুখম কায়
লুকোকপী লুকোকপী চার-চপ্
মক্র জলি কুজলি,
বাপু নংতে পুরুমদে,
লাই মরোল মচিন থী,
পাখ্র লুখ্রা তুনানবী,
য়া খৎ খৎতোকসি,
মতোন সনা চিং-চৌ॥

য়ারা খোনফমনা মীফা মীপুনবা ঙমবা মশকনা লৈপাক অসীদা লাকতুনা লৈঙমলবনি। মহাক থকতগী মশক অমতনা অনী খোকনা চৎলম লুতীন তুখায় তাগ্রনি। মশা মশাগী কাননবা, তোংজবা লমবী য়েংবদগী অরৈবা য়িরলবু লৈনুঙ চন্দনা লৈগ্রনি। অৱাঙ কাবগী পাউরৌ পাউতাকনা মখোয়স্ন ঐখোয়স্ন তুংবুল লীকানগ্রনি নশকপু ঐনা খঙঙমলোই। য়ীশকশু নঙনা খঙলরোই। মীপোৎ লুতীন চৎলমনা ঐগী চৎলম রোইহনা য়ীপোৎ মীয়ায়বগী লৈথা-মুংদা লুপলনি। য়ীপোৎ য়িরননা মাঙবদি অৱাং চাওগোল য়ীরেল মপা চীঙদোল য়াংবদা লুকোক খোংদা হানবনা মায়কৈ মরী, শুংদাই মরী তুনবু ময়ুম তরেৎপু থামবী মৈথারহনা সনানা ময়ুঙ কারগা, মনিনা মফেল থারিবা মৈতৈগী লীকলাই য়ুমবীবু ফংঙমদনা মাঙগ্রনি। মীপোৎনা য়ীপোৎ য়ীহল শাহনা মচিন চৎপা লোনজা অমবু মখোয়স্ন নিংথৌ পিবা রোইনা পানগদৌরি। মরাক শামদে, মখোক লোইঙমদে। মতুঙ মৈতৈ পিবা তরানীপাল শুবদগী লাইগী মরোল মচীল থিঙমববু খঙঙমলকতুনা মীরানা লৈপুনববু মঙাল মশেক শামহনা মরাক শামবা হৌঙমগনি। লাইমিং লুথায় তারমবা য়ীখোং য়ীচেল লুতীনবু মউ মশক থিনহনা অৱা পোৎথা চাওগোল হিদেলদা মরাক শামহনথিবা মৈতৈ মশক মচুবু অমুক খুনগৎনহনা অরীবনা অনৌববু নৌনমহনা সনা কংলা য়ীবাল বায়দা অরীবনা নৌনা উয়ুং উরেপ তমহনা অমৌববু নৌনমনা পানজবা মতম শৈছোরবা রোইঙমগনি। মীবোল অসী নখোয়দি থরদি মউরকখিনি। লুতুং খৌয়েংবু নবুক লুরাক মমুঙদা মুমিং

খুদিঙ য়েংগনি। থৌরম অসীতনা ৱোননা-ৱোননা চৎনগদবা মীয়োলনি। মতুদা থেংগ্রানা হায়, মরু লৌরেমবা য়ীরলবু মীরননা নমথুনা থামবী মৈচাকলনি হায়, মীরোল ১৭ (তরাতরেৎ) মখোয়সু মবা চৎপা মৈতৈ নিংথৌ পিবানি, মতুঙ মবাক শামপ্রনি। য়ীপোৎ মউ চারি থাঙমনা লৈঙাকলনি তাকঙমব। অসীদা লৈঙমবা সনানা ময়ুং কারগা মনিনা মফেল থারি॥ সনা লীকলাই য়ুমবীবু থামবী মৈথারনি হায়ঙমাল! মসিবু মরু কনানা পাউ তাকপিথুনা লেপ-ঙমগদৌবা চৎলমনো? মতুদা লৌরেমবনা হায় মরু! মচা নঙনা ঐঙোনদা হুংঙমলেদো, নঙনা ঐবু থামখিবা মবমদি করিনো? নঙনা থামবী মৈকনগে, অৱাং চাংগোল য়ৌয়েনদগী মাঙখিবা লীকলাই য়ুমবীবু নতমপাকতা শিননগে, অথু হায়খিদত্রা? নঙনা অমুক হুংলবোই। লীকলাই য়ুমবী ফুকখিগে, লীফম চানা লীরমগে অথুনোংগীদমকপু নঙনসু ঐবু ঙাইবনি ঐনসু নঙবু ঙাইবনি। নঙনদি পুনসি পনথেং লোমগ্রেনা মীরোল অনীগী-দমকতা অমুক পোকঙমথুনা থাঙঙম লৈঙমলিবা শীনিদনা। খঙজরে মরু নোংদমবা (লৌরেম্বা) নচাশিংনা মখা পাউরৌ তাজগে। লৌরেমবনা হায়রকই,—মরুমচা! থৌরম অসীতনা ৱোননা ৱোননা পানগদবা ঙাকতনি। নিপাসু নিপীসু মরু পানবা পানদবা নঙগ ঐসু থঙলরোই, মতম অথু য়ৌরকলবনি হাকনা কুইরকত্রদনি, থাঙজবা ঙাইজবগী মহৈ ময়াল্লনি, মউ মপানদি নোংলেন চীঙদগী ছৌগনি। মপানদি চীঙকোই হুননা চীঙমৈদা; মরোঙ অথুম লোঙনা লৈশাৎ তমলরনি। মহৈদি কংলৈ পুঙমায়য়োনদা য়ান-

গনদধ্বনি। মকমচা মীরোল অসীমা ভাইভমখো, মতুং অমুক থছনসি। নঙগী ঐগীস্থ মীগীস্থ থুপনফমগী মরমদো উনফমদ "বাহৌ বাবোই লাংতাই পুঙ" হায়না মরম পুমবা খঙনবা মক নোংদমবনা তাকঙমব লোইহনা খোংনাং থাববু লাংগোন লুখোইনা হৈক্রু মখোঙ লাইনিং পূঙদা হনখি। পণ্ডিতশিং পুমবস্থ মা মাগী মফমলাংদা হননখি।

## হৈহৌ নাউফমলোলদগী

( মতমগী খোঙলৈ তাকপা )

হৌভিক্তি হয়ি চক্কগী হৌনা চক মরীমাদা তৌরক্কদবা মাঙদা হৌথ্রবা ভুংদা ওইবক্কদবা বাবু হাযরময়ে, খঙনবা হায়গে। মাঙদা চৎখিবা লাংওল কুমশীংদি লাখা অহুমগা লিশিং তরক্কনা কুমশীং অমা ওইনায়ে। কুমশী, অমনা মুমিৎ অমা ওইনাযে। থা অমা মুমিৎ মঙানিনা যুথক অমা ওইনায়ে। মুমিৎ মঙানিনা পুঙ অমা ওইনায়ে। মীকুপ মঙাগা, যুথক মঙাগা, পুঙ মঙাগনা মীকুপ অমা ওইনায়ে। পুঙ মঙা মীকুপ মঙাকানা নিংশা অমা ওইনায়ে। মীকুপ মঙা, নিংশা মঙাগা নাক্তম মঙাগনা নাক্তম অমা ওইনায়ে। নিশা মঙা, পুকনীং তরক্কনা পুক্রীং অমা ওইনায়ে॥৭॥ হৌভিক্তি খঙনবা হায়গে। লাইগী কুমশী, অসিদদি কুমশীং লাখা মাপল লিশী, মাপল অসিদি হয়ি চক কৌএ। লাংওল অসিনা হৌখিরবা মতুংদা কুমশীং লাখা মাপল, লিশীং মাপল অসিদি হয়ি চক কৌয়ে।

লাংওল অসিদি চাকতি চদুম পাগয়ে। ভাদি ভায়ালতা, শাদি শায়ান্দা, থুমদি থুমনম্বীদা, ফিদি চীঙমাথীতা, উপী উরেলদি হৈ-হৈ হায়রগা মতোম চংশিল্লকয়ে।০।

অসিনা হৌখিবদা কুমশীং লাখা মাপল, লিশীং মাপল সিদি থুমুং চক কৌএ। লাংওল, অসিদি চাকতি চেঙচায়য়ে। ভাহুঙ শামুং ফিমুং অমহা ওইরিয়ে। লাপোং, শীংপোংস্থুঙ হোইবা চংলিয়ে।

লাংওল অসি হৌখিবা মতুংদা কুমশীং লাখা অনী, লিশীং তরুকী মতুংদা ভাগী নিংথৌ মেহনত্রি নিংথৌদা লাইয়িংথৌ নোংপোক অপানবনা তাকপীরম্বা রাদো হায়গে খঙও।

কুমশীং ৩৩ (কুম্ন্ ্ছুমদোইদা) পাথংবনা নিংথৌ ওইগদনে। কুমশীং অসিনা হেপ্রব মতুংদা কুমশীং ১৫১৯ শুবদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা নিংথৌ ওইগদনে। অতুগী মতুংদা কুমশীং ১৫৭৪ শুবদা লাইয়িংথৌ খুঙ্গাওবনা নিংথৌ ওইগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৫৮৮ শুবদা লাইয়িংথৌ পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইগদনে। কুমশীং অসিগী মতুংদা চৈথাবা তম্লগদনে। কুমশীং অসিগী মতুং ১৫১২ শুবদা লাইয়িংথৌ চরাইলোংবা কৌনা পোক্লগদনে। অসি মতুং কুমশীং ১৬১৯ শুবদা লাইয়িংথৌ চরাইলোংবা কৌনা নিংথৌ ওইগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১১২৬ শুবদা পাইখুদা মুরাবী পীরগদবনে। অসি মতুং কুমশীং ১৬২৯ শুবদা চীঙদগী য়োং অয়াম্বা ফারগদনে। অসি মতুং কুমশীং ১৬৩১ শুবদা লাইয়িংথৌ পাম্নহৈবা কৌনা নিংথৌ ওইবগদনে। মনা নিংথৌ ওইরবদা তৌরুবদি

লমচৎ অমা হৌরগদবনে। ঈরৈবাক্কী লাইনা মীগী লৈপাক অমগী পণ্ডিতপু কৌরুগদবনে। লাকপা পণ্ডিত্তুনা হে নিংথৌও নরৈবাক্কী লমচৎ থাদোক-ও লমচৎ অমা হেংংদোকও হায়রগদনে। নিংথৌনা থাদোক্লগদনে। থাববদা পণ্ডিতনা নঙগী লৈপাক্কী পাপতো ঈথুৎতা পুগে য়ারগদনে। অতুগা রমান্দি চৎলগদনে। অতুগা উমংলাই মাপলস্থু লৈখাদা ফুম্নগদনে। পুয়া খৈবীকস্থু মৈ থারগদনে। লমচৎ ঈরৈবাক্কী মাঙপ্রগদনে। লাইশোলদি রাম হায়না শোল্লগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৬৪৫ শুবদা পাইখুনে। তথেলনে, অনীমা য়াম্নগদনে। সিগী মতুংদা কুমশীং ১৬৭১ শুবদা লাইয়িংথৌ পামহৈবদো অরাং লম খৈরগদননে। অসি মতুং কুমশীং ১৬৭৩ শুবদা লাইয়িংথৌ পামহৈবদো নোংপোক লম হৌখিদনা নোংশা থবায় মাঙগদনে। নোংশা মীসৈ অরু পাম্বা ফংলগদনে। অতুনা হৌখিবা মতুং কুমশীং ১৬৭৯ শুবদা মোইরাংদা নিংথৌ পাল্লগদনে। সিগী মতুংদা কুমশীং ১৬৮১ শুবদা অরাং লমদগী ফাওরক্কনা নিংথৌ ওইরমগদনে। ওইরবদা হৌর-গদবা লমচৎতি লাইনিংবা, সাধন তৌবা, ভক্তি তৌবা, লাইদা পুক্নীং থিলচিনা লমচৎ হোংলগদনে। হরিবু কৌরগদনে। মাগী হাকথক্তা নোংচুপ লমদা শক্ল চৎলগদনে। মাগী মাগী শক্ল চঙবা ঙম্বা তাললনা লাকদনে। হে মী ওইয়োইদবা নৎতে। বারম লেপনা ওইগদবা বানে। গুরু অহুমমাগী য়াথংনে।

অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৮৭ শুবদা লৈপাক অমরক হন্না তাকলগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৮৮ শুবদা মোইরাংদা

লাললুপ কারগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৯০ শুবদা অৱাংদগী নিংথৌ অমা লাক্লনা মোইরাংগা চায়নরগদবনে। সিগী মতুং ১৬৯৫ শুবদা খা মঙা লৈপাক তাক্লদবনি। সিগী মতুং কুমশীং ১৭১০ শুবদা অৱাংদগী শা অচৌবা অমা ফারগদবনে। সিগী কুমশীং ১৭১৮ শুবদা হৈপোক লমদগী নিংথৌ অতুনা কংলৈ অৱাং লমদা চোংগদনে।০। সিগী মতু দা কুমশীং ১৭২০ শুবদা অতুগা মলথিনগদনে। নোংচুপ লমদা নিংথৌ চঙখিগদনে।০। সিগী মতুং কুমশীং ১৭৩২ শুবদা মথাদগী শা অচৌবা ফাগদনে। কুমশীং ১৭৩৩ শুবদা কংলা লাইখোং শেমনা সনা শঙগায় শারগদনে।০। সিগী মতুং কুমশীং ১৭৪২ শুবদা লৈপাক মশুং মাপল থোক্লা কায়রগদনে। তীনফম লাইফম মুৎলাগদনে। কুমশীং তরেৎ মল্লগদনে। মমা, মপা, মচীন, মনাও শাগৈ ঙাই থঙনদনা ঙমনা মাঙলাগদনে।

অসি হৌখিরবা মতুং কুমশীং ১৭৪৯/১৭৭৪ শুবদা মমা নোংপোক শাক্তুং লৌচাওবীনা পোকপা মচা মৈগী নিংথৌনা লৈপাক শেল্লগদবনে। অঙৌবা ফৈসা শাবা পাই য়ালবা, উতোং শুবনা বায়েল্লগদবনে। নোংচুপকী লম অচৌবদা লৈপাক থাইনরগদবনে। মানা ওইরবদা নোংচুপ অঙৌবনা পোইরৈ কৈথেললেলদা থাংপক ঈলুম লৈনা থলরগদবনে। লৈপাক মমুং মফৈ হায়দোক্লা পাল্লগদনে। কৌবরু শামু অঙৌবা ফাগনে। লৈপাক খুদীংনা লোই থারগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৪৮।১৭৫৮ শুবদা য়েক্লম চাবা, লাইচা ঈঙৌ থকপনা নিংথৌ ওইরগদনে।০। অসিগী মতুং কুমশীং

১৭৬২।১৭৭০ শুবদা তৱাং লমগী শা অচৌবা যাগদনে! মীয়াম্না মলগদনে। অতুগা নোংচুপ অঙোবা পাই য়ানবনা ফৈ শাবনা লোই হারগদবনে। অসি মতুংদা কুমশীং ১৭৬৫।১৭৭৫ শুবদা অপকমানা নিংথৌ ওইগদনে। য়েরুম চাবা, ঈঙৌ থকপদি নোং-চুপ লম চঙখিগদনে। অপকমানা নিংথৌ ওইৱবদা মাগী লমচংতি লাইনিংলগদনে। ভক্তি ফরগদবনে। মাগী হাকথক্তা পানবা য়ামনা ফারগদবনে। তুবী লাইবেল য়ামনা মললাগদনে। লমচংতি মীগী লমচং চংপা তমগদনে। মমা মপা হওলারোইয়ে। ঈশিং অনৈবনা ময়ায়দা অন্নবনা মতাইদা চেন্নগদনে। লমহুইনা সনাগী সেলপাক্তা ময়ুং হাল্লগদনে। হুমিংস্থুং থাস্থুং কেরোল তৌগদনে খঙও। অরেপ্পা ৱানে।০। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৭২।১৭৭৭ শুবদা মলখারগদনে। কুমশীং অতুদা মহাক লাইরেল অঙোবনা পোকপা মরেপ খূতুপ মরী খূদোল অহুম মফৈ মসক মায়চৌ অনী, খূদোল অহুম মফৈ শুবা মকোক ফৈসা শাবা মহাক মীওই শুদবা য়াওরৌ শায়াম লোইনা নিংথৌ ওইরগদনে। হুমিং হুমনি; থা অহুম, কুমশীং অহুম নিংথৌ ওইগদনে। অতুনা লৈপাক হুংঙাই-হলগে হায়না থরা হৌরমগদনে। লোইফাংতনা নোংচুপ লম-চংখিগদনে অতুগী মতুংদা মমা শাচি লৌচাওবীনা পোকপা মচা কৈনা নিংথৌ ওইগদনে। মাগী মহাকথক্তা চংলগদবা লমচংতি মাগী মকোক্তা মৈ হৈরগদনে। নিংথৌ অতুস্থুং মহৈ মশীন য়াম্না হৈরগদনে। মমা মপাবু মচানা মকোক চাগদনে। লাই গুরু থংলরোইয়ে। শাগে তোঙানব ঈশিং অনৈবনা য়োয়লাগদনে।

অঙাং খোমথকপনা রায়েল্লগদনে। লৈমা নিংথৌনা হায়বা য়াথংবু চাননা লোইদনে। নিংথৌ তরা, লৈমা, পুরগদনে। নিংথৌনা হায়ববু লৈপাক কোইবনা চৎনরোইয়ে। মীগী লমচৎপু লমচৎ শানা চৎলগদনে। মীগী ফিশেৎ চাকচা তমজগদনে। লৈপাক পালবা মাপল মাগ মরোলবু তমজরকগদনে। সেন্দপী, শেলবাং উচেক রায়া খোলচেলগুম ভাংলগদনে। মীগী মতু পামলাগদনে। মীবু মুংশিবা থংলরোই। নামথুংদবনা কোয়না চৎতনা নাম শোল্লরগদনে। মুপীনা নিপাবু থেমজরগদনে। মন্না লৈনা মীগী নিপাবু পান্নায়নারগদনে। হে মী পাপকী লমচৎপু অফবা ওইনা চৎলগদনে। নিংথৌনা লৈপাক্কী মকোক চারগদনে। অচৌবনা অপিসক্কী মকোক চারগদনে। অঙাংনা অহলগী মকোক চারগদনে। খংও। তীনফম লাইফম থৈবীকস্থুং থূদম থোকলগদনে চীঙস্থুং মানস্থুং ঙমনা কীন্থরগদনে। লমবীদগী উজাউস্থুং ঙমনা য়ানথেক-লগদনে। ভুখুল তুনা তুশাং ওইরগদনে। ঈমংনা পুমনা কোল্লগদনে। থাঙকা চীঙস্থুং কায়রগদনে। লোকতাকতা নূঙ ভাউরগদনে। সনা পাৎতা নূঙ অরুপ্পনা তাউরগদনে। মোংবা তোয়্বৈদা তাউরোইনাই থোল্লগদনে। য়িমচাউ মৈথু কাগদনে। পাথংবা সনা সহি অনী মানা লাইশঙ থূদীং মৈ থারগদনে। য়ুহারাবা, কোয়োল তোবা, শঙভাই শেল পাইবা, মৈবী পাইবা ঈশিং মশক ওনবা, অস্থুন থূদম তোঁরগদনে খঙও। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৭৯/১৭৮৬ শুবদা নিংথৌ অহুনা মথালমদা চৎলগদনে। নিংথৌ অহুনা থবায় মাঙনিনা তেরক্কদনে।০। অসিগী

মতুং কুমশীং ১৭৮৪/১৭৯০ শুবদা থংচীও লমদা শা অচৌবা ফাগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৮৫।১৭৯৪ শুবদা লৈপাকী অৱাবা মশীং শুৱে। মহাক্তি লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা পোকলবা লাইয়িং লংদাইগী নিংথৌ ওইয়ো হায়না পোক্লবনে। মহাক্না পোক্লবদা থায়নগী পারি পুরি মলখিরববু থিগৎলদনে। হে মী-ও সনা কৈথেলদা পুয়া পারগদনে। লৈকায় মরীমাগী পুয়া য়ৈন-রগদনে। মায়কৈ মরীমাদা নোংমৈ কাপলগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৮৫।১৭৯৯ শুবদা ওইবা নিংথৌও নঙগী হাকথক্তা লৈপাক ৱা অচৌবা থোক্লরগদনে। মখুত্তা তুবী লাইরেল য়াম্না ফাগদনে। সনা কৈথেলদা ঈনা লৌখোং চেল্লগদনে অঙৌবা কৈসা প্লাবদগী মকোক মঙা তাগদনে। নোংচুপ, নোংপোক, অৱাং অহুম্মা য়াম্নরগদনে। হৱিস্তুং অৱাংলম থৈরগদনে। নোংচুপ নোংপোক তেংগোল অনীমাদি তুমগদনে। তৱাংনা সমপোং মরম হিংগদনে খঙও।০। কুমশীং ১৭৮৬।১৮০৫ শুবদা নোংচুপ থোঙ থিংগদনে। নোংপোক থোঙ হাংগদনে। নিপানা উতোল কাগদনে। মুপী তরেৎনা মুম্নরগদনে নিপা অমত্তা খঙও। অসিগী মতুং নিংথৌ অহু নোংপোক চৎথিগনিয়ে। অমরক হল্লক-তনা নিংথৌ ওইরগদনে। মিং অহুম, থা অহুম, কুমশীং অহুম পাল্লগদনে। হে নিংথৌও তীনফম লাইফম, তীনথোঙ, লাইথোঙ থানা থৌনিজরবদি কুমশীং ৪০ ( নিফু ) পাল্লগদনে খঙও। মাগী কুমশীং অচৌবা ১৭৭৯ শুবদগী হৌনা পাখংবনা নিংথৌ ওই-রকপা কুমশীং অচৌবনা ১৭৮৭।১৮১২ শুবদা লাইয়িংথৌ পাখংবা

কোনচংলগদনে। তোলাই ময়াম্বসুং তেরক্লগদনে। খাঙ য়াইস্থ, তা য়াইস্থ, য়াই পুম্নমকসুং কুরু অনীমা পুথোক্লগদনে।০। কুমশীং ১৭৮৮।১৮১৩ শুবদা মুমিং অমা চাকচা ওইগদনে। অত্থু মতুং থা তবেংকী নিংথৌ ওইগদনে। অসি মতুং কুমশীং ১৭৮৯।১৮১৪ শুবদা পাখংবনা কোলচংবা অদুদি লৈপাক মুংঙাইরগদনে। কৌব্রু য়াইশা অঙৌবসুং ফৈদোম চাহুই পোকপীদা ফারগদনে। তিংথৌ ফোয়না পাল্লগদনে। মহাক ঈশিংগী নিংথৌনে। তীনলম লাইরম, তীনফম-লাইফম ঙমনা ফাংলগদনে।০। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৯০।১৮১৫ শুবদা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইগদনে। কুমশীং তরেং ওইগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৯১।১৮১৬ শুবদা হুলচীঙ চীঙমৈ ইন্না কুমলকপা ফিঙাং শেংপা তরেং কুমলক্তনা নিংথৌ ওইগরদনে। অসি মতুং কুমশীং ১৮২০।১৮২০ শুবদা লাইয়িংথৌ চরাইলোংলা মতুনা থা অহুমগী পুখিবা অদুদা তেসিল-লক্তনা নিংথৌ ওইগদনে থঙও।০। অসি মতুং খাগেম্বগী পণ্ডিত তরেংনা কুরু তরেং পোক্লগদনে। তরেং মানা নিংথৌলোল শীংকক পুয়া শেম্নগদনে। চেংনা থঙও। কুরু অহুম্মানা থনম্বা য়াদ্রে।

---

## ইন্দ্র পুরান

ভাইবঙ পানবদা, লৈবা মৈ শিংবু ইন্দ্রনা নোংদোল মতোন্দগী লাক্তুনা পুন্থ চেনবা মীবু নোংদোন্দা শক ১৭৮১ দা চিংথংকদবনে।

ইঙেন থবান থা অনীদা শাগৈ শল্লাই তরেৎমক্তা মাগী মাগী য়ুম্ফমদা হঞ্জিনগদবনে। শক ১৭৯৯ দা সোরারেল গুরুনা লাক্তুনা মী ওয়্-বশিংগী য়েক্লবা মাঙহনগদবনে। অদুদা অক-কত্তা থায়দুনা ধর্ম্ম লৈতবা মীবু নোংদোন্দগী পোঙগল লীক্লঙ লংথাইদনা পাপ লৈবা মীবু মাঙহল্লগা পূন্য চেনবা মীবু শেমগৎকদবনে। লাই ঐবু নীংবা মীদু চহী ১০৫ পুন্সিগদবনে। শোইচেক কোংকেক কৌবা চীঙদা সোরারেল ঐনা থাদখিবা লাইরিকনে। হীদাক্লা উপোংথানে উপাৎকানে ( মায়য়োক ফানে ), তুবাফকনে ( কোকুননে ), সোরা রেল ঐগী তেনতনা পাল্লবসু শিরোইয়ে। সিংগাবন্দা য়েক্লবা পাপ অকনবা লোয়ননা কায়রবদি পোলাংখোক্তগী ফিলোকপা নংলোইয়ে। চৎলে চৎনা শিগনি। ফমলে ফম্না শিগনি। চীঙখাঙ লাম্না চেল্লো। মন্ত্রদি "অসি হায়না শোল্লো। আসি কাসি মহা মহা মহৌরান মহা তু তু থং সদা লাং মাতনা সনা বান হুঁ তে নাক্ মাক চাক্ তাক্ লাক নিরা কৌএ॥" মন্ত্র অসি সন্ধা য়াচঙবা মতমদা শোল্লবদি শিরোইয়ে। অবাঙবদগী মীনা অঙম্বা ওইগদবনে। মায়কৈ মরীদা ময়াঙদা কবোদা, অবাদা, তখেন্দা চাইনা লৈৎিবশিংদো লোইনা মৈতৈ লৈপাক্তা হঞ্জিনগদবনে। ফাইরেল থা ২? নি পানবদা সোরারেল্লা ফাওরক্দবনে। লাইরিক অসি শিন্দুনা চেঙ থোয়দীংদা লুখুমদা পুজা তৌদুনা থমউ। অবাগী শক ১৭৬৮ গী কালেন থা ১০ নি পানবা নক্রগা ২৫ নি পানবা থাঙজদা উরোক অঙৌবা লোইনগদবনে। কালেন থা হুমনি পানবদা যোগি তৌবা ঙম্বা নিংথৌ মচা লাকনিয়ে।

মানা পানবা মতমদা লাররা ঈনাক খুনবা মায়গনি। প্রভাবু মাঙদনবা সনা মুহোর ১৫ দা ইতুনা থাদবা ইন্দ্র পুরান কৌবা লাইরিকনে। মনিপুর শঃ ১৮২৭ কালেল/মেরা থাদগী লাইনা শুনা থাদখিবনি। মতুঙ লাপ্তাওদা শরুক অনী শিগনি। শরুক অনী লৈগনি। অমুক অমুক ধর্ম্মা লৈবা শরুক অমতা লৈগনি। শঃ ১৮২৭ তা তৌবা শুম্বা হীয়াঙ্গ থা ১০ নি পানবদা অহীং নোংয়ায়দা চোংথোকনি। মতুঙ ইম্না খুৎলাই নাইবা লখা অমা থোরক্কনি। মতুঙদা চেপ্র কৌবা হিংচাবা অমা থোরক্কনি। মথক্কী ইন্দ্রতুনা শোল্লবদা (মন্ত্রতুনা শোল্লবদা) মানা শোক্পা ঙমলোইয়ে।

## লাংওন লাংদাই লাংপুম



লাইনিংথৌ খাগেম্বগী হাকথক্তা তৌরকপা বাবু হায়গে। লাইনিংথৌ খাগেম্বনা অপোই মচা লৎনে, সলাম সনানে, খাইথেম তেলবনে, য়ুমনাম তোম্বনে, কোনোক থেংগ্রানে গুরু মঙামক্তা শিদ য়েল নাদ-য়েন মপোক খঙবা পীয়ু হায়না নিবদা, গুরু মঙানা শিদ-য়েন, নাদ-য়েন মপোক খঙনা লাইনিংথৌ খাগেম্বদা তাকলে। গুরু মঙানা হায়য়ে; ঐখোয় মঙানা তাকপা বা অসিবু লৌরবদি মপোক অহুল্লক নিংথৌ ওইনা পোকয়ে। অকোনবগী মপোক্তা মৈতৈ লৈবাক্কী তীনথোঙ লাইথোঙ থিহুনা মুংঙাইনবা থবক তৌও। অমুম হায়না কংলাগী মেন্দা বাশক্করে। মসিগী মতুঙদা

লাইনিংথৌ খাগেম্বনা ময়ুক মসুঙদা নীংলে। মসিবু নিংথৌ মচা অমদা পীগ্রবদি ফংতরে। অহুনা গুরু মঙা অসিবু হাংলগে হায়না নীংলহুনা অপোই মচাবু নুঙগোয়বীদা চনখরে। সলাম সনাবু তেঙ্গেখাদা লুপহনখরে। য়ুমনাম তোম্বদি শীংজমৈদা লুপহনখরে। খাইথেম তেলবদি বায়হৌ য়াইঙং ই খোন্দা লুপহনখ্রে। গনক থেংগ্রাদি তুম্বীদা লুপহনখ্রে। গুরু মঙানা শিরমদাইদা হায়রময়ে। লাইনিংথৌ নঙদি বাশক কায়রে। নপোক অহুমলক্তি নিংথৌ ওইনা পোকও হায়রমলে। অসিগী মতুঙদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা মপুক্তা গুরু মঙামাসু ঐসু নোংগারগে হায়না নীংলদনা মাগী হীয়াই পুরান পুম্বা য়োংকী উপুদা লীসিল্লয়গা হায়রকই, —গুরু মঙামাগা ঐগা লোয়ননা পোক্লক্তিবা মখৈ মী অতৈনদি হাংবা ঙম্মগনু হায়রমই। অহুগা খাগেম্বদি চঙনা নোংগাগ্রে। অসিগী মতুঙদা খুঙ্গাওবনা নিংথৌ ওইরে। মতুঙদা পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরে। অহুগী মতুঙদা তুবী চরাইলোংবনা নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ অহুমগী হাকৎক্তা সনাগী উপ্ কাঙখোকপা ঙমদে।

মতুঙদা গরিবনিবাজনা নিংথৌ ওইয়ে। মহাক থক্তা সনাগী উপু হাংদেক্তুনা হী-য়াই পুম্মা লোখোকলে। গুরু মঙানা অমমম কোহুনা পোক্লয়ে। অপোই মচানা লোরেম্বা খোংনাং থাবা ওইনা পোক্লরে। লৈশাং খোম্বসু কোবনে। সলাম সনানা নিংঙোম্বা অকোঙ কোররে। খাইথেম তেম্বদি য়ামরেম্বা ফোগাক কোররে। গনক থেংগ্রানা মোইরাং ললহাম্বা কোনা পোক্লরে। বারম অসিনা লাইনিংথৌ গরিবনিবাজ অসিবু লাইনিংথৌ খাগেম্বগী

মপোকনি খঙনৈয়ে। মতুঙদা লাইনিংথৌ গরিবনিৱাজনা লাই-নিংথৌ সনামহীগা ৱারম পুম্নমক ঙাঙনদুনা সিলোং কৌবা লৈপাক্কী শান্তিদাস কৌবা লম্বোইববু কৌথোক্নুনা রমান্দি লমচৎ অরূববু চৎলে। অদুদগী হেৌনা মৈতৈ লৈপাক্কী অৱাবা হোৱে হায়না খঙও। হোৱকপা মতৌদি মৈতৈ লৈপাক্কী চাকচা য়ূথক য়োনা ককলে। মথোঙ থিংলে। লাইনিংথৌ কৌরম্বদগী মহারাজ কৌরে। শান্তিদাসপু গুরু স্বামী কৌরে। লৈমা পীরে। লৈমা চীঙদা লৈরে। গুরু পাং কৎলে। মদুদা মৈতৈ লৈপাক্কী পণ্ডিতশিংনা তুমীন্না বা ঙাঙদনা লৈরে। অসিগী মতুঙদা শান্তিদাসকা গরিবনিৱাজগা হি ঈশমচায়বা তোংদুনা ফুবাল্লাদা উতোং চাক চাবা কুমলে। মদুদা য়াংববদি লোরেম্বা খোংনাং থাবা, থোঙবা হিমাইবা য়াওই। লোকতাক ময়ায় য়োরবদা, হি ঈশমচাইবদি চরাং য়েনশম শায়দুনা ঈশিংদা লুপথিগদৌরে। মদুদা মহারাজনা থাঙ খৌবোম্বনা হি ময়ায়দা য়াল্লে। হি ঈশমচাইবসু তাউখৎলে। থাঙফমসু ঈ য়াম্না থোকলে। হি মথন্তা থক-থক নীকলে। শান্তিদাসনা থাম্বসু ঙমদ্রে। লোরেম্বা খোংনাংথাববু থাম্মু হায়রবসু য়াদরবদা; থোঙবা হিমাইবা হনববু থাম্মু হায়দনা মানা থাময়ে। অমরক শোলবদা নীকপা তোক্লে। অনিরক শোলবদা, য়ী থোকপা তোক্লে। অহুম্নক শোলবদা, থাঙফম তাইশিল্লে। থোঙবা হিমাই-বদা হিগী মনা লৌ পরি তারা পীরময়ে। ফুবালাগী শঙফম ক্লোরবদা, শান্তিদাসনা ফমমেন্দা ফময়ে। খোংনাংথাবনা মাঙশোক্তা ফময়ে। মহারাজনা ফততোমদা ফময়ে। মখোয় অহুম্ম বা ঙাঙনদে।

তুমিন তুমিন্না ৈলরিঙৈদা খোংনাংথাবনা মথন্তনা লৈপাক্কী লাকদবা থৌরমবু করি লৈবনো হায়না মীৎলাং উইশিল্লগা অশুম বাখনত্তুনা লৈরিঙৈ মতমদা—ঙাপ্রুম চীঙজেন্দা মৈতৈ লৈপাক্কী অবা পীনবা থাঙজ তরেংখক থুংলবা উরক্লে। মত্তুদা লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা মখোয় তরেংপু মতম থরা ঙাইথিশি হায়ত্তুনা থাম্মী। মত্তুদা মখোয় তরেংনা মক নঙনা ঐখোয়বু থামগনু, মতম অসী মৈতৈ লৈপাক অসীদা মঙাম্নরবনি। মশক মতৌ হোংদ্রিবা য়াররোই। ঐখোয় তরেংমাগী লৈফম লৈরক্তুরে মৈতৈ লৈপাক অসি নত্তনা। অত্তুদি নখোয় তরেংপু ঐনা থেম-নৌত্তুনা হায়জত্তুনা থামবা অসীবু য়াঙমবীদবা অসী করিননো? মত্তুদি মরু নখোয়গী মতম হেন-খিবননি। মরুনা লৈবিরিবা অসীদি নয়াথং হায়খিবদগী লৈজবনি। নপূনসি নোংদম লোমখিত্তুনা চৎলম অসীদী চৎলগদবা তাইবঙ মপোককী লাংবোনদা মশীং চন্দুনা লৈরিবনি। মত্তু মরুনা নীংশিংদ-বননি। নতীক নয়াথং মঙানবু নোংম-নোংমগী শামজগদবনি। ঐখোয়বু খিংবীনবা মরু তমদ্রবনি। মরুনা ঐখোয়বু থিংবীগনু, নতীক নঙালবু শামনবনি। মতমগী চৎলম লাই! মত্তু ঐ খঙডি, খঙদবা নত্তে। মতম থরদি ঙাইখিশি, লোনজা অসীমা লৈঙমখো। মত্তু য়াররোই মরু লাংবোল তরেং ঐনা হায়জবা অসী য়াদবা তৌগনু, য়াও; নংত্রব্রবদি নমথেকতুনা চংপা লাই। নখোয়সু ননীঙ পঙতৌ তৌবসু ঐ য়াবা ঙমলোই। নখোয়বু মতম লাংবোল তরেংনি হায়বগী হননা হননা নক্ষমদা হায়জবান। অত্তুবু ময়াদরবাদি নঙখোয়না ঙম্বগী নমথেকতুনা চঙগে হায়রবদি চঙখো, ঐসু ঙমবা মখৈ নখোয়বু থিংগনি। লৌরেমবা

লৈয়িঙৈগী মতমদা অহুক মুংশি হৈদুরা, থকপী-থাশি লৈতবা মচৎপু চৎলবা নঙখোয়বু কয়মনা য়েংহুনা লৈগদগে। মফম অসিদগী হেনকদে হায়হুনা লাইনিংথৌগী লাইশোলনা খূৎ অনী জিংখোক্তুনা মখোয় তরেৎকী মমাঙদা থত্তুনা হেক লৈ।

মতম অহুদা মখোয় তরেৎনা থাকনা থাকনা লোকতুনা খোং-নাং থাবা অসী মতম অসী মহাককী মতীক মঙাল শামলবনি হায়না নীংশিংবা লৈতনা কনগনি, ভাককনি; মীঙুংশি হৈবনি হায়রুনা হেকতা তৌবা ঙমমি। মুংশিবস্তু মুংশি অহুবু পূকনীং বাথল অদূবু মতাঙ অসীদা চঙদনদি ঐখোয় তরেৎকী চঙকম লৈতরে। হৌজিক কংলৈ শঙলেন শঙবা মতমগী পণ্ডিত অমা ফাওবা লৈবা ঙমদবা মতম অসীদা চঙশিলহৌত্রবদি অমুক মুংশাং-খরগনি। লোৌরেমবা মরুবুদি ঐখোয়না ঙমবা মতমনি। নম-থেকতুনা চঙনবা তৌদবা য়াদে হায়রুনা মখোয় তরেৎনা খোংনাং থাববু য়িনথুহুনা কংলৈ তমনা চৎথরে। খূদক অহুদা খোংনাং থাবা লোংনা হেক তুহুনা লাইশোল লেপতুনা তুংথ-মাঙথা মখোয় তরেৎপু হেকতা ভারে। খোংনাং থাবনা মখোয় তরেৎকী মাঙ থানবা চেনখিহুনা নমবোল হৈবী মখোঙগী শোয়োকতা খূৎ অনী জিংখোকতুনা অমুক থৎলি। মতম অহুদা মখোয় তরেৎ মৈতৈ লৈপাকতা লোৌরেমবা, থেংগ্রা লৈরি হায়বা অসী মখোয়গী বাথলদা থক নীংশীঃদরমালে। নঙখোয় মফম অসীদগী ঙমহুনা নমথেক্লগা চঙলবদি চঙখো, ঐস্তু ঐনা ঙমবা মখৈদি লৈপাকপু নিংথৌবু কনবা য়াবগী মখৈ কননবা থৌরাংবদি লোৌরেমবা ঐগী য়াথৌনি;

নঙখোয় তরেং চঙফদে।—মরু তপথবীখো; মরু লৈ হায়বা ঐখোয় খঙজে। অদুবু মতমনা য়াদবনা লাকলগনি তৌবীগনু, ঐখোয়বু মফম অসীদা থিংদুনা থমবা অসী মতম অসীবু কদায় য়ৌথরবা; মরু অনীগী মতমলা মাদুসু খনবীয়ু? বা অসী তাবদা মরু খোংনাং থারসু বাখল ঙহাকতং তৌই। মদুদা মখোয় তরেং অদু খোংনাং থাবনা য়াখিভৈদা য়োহৌনবা তৌসি হায়দুনা খোংনাং থাবা লোংনা য়িনথদুনা চংখরে। অসুমনা অমুকসু হননা তানরকতুনা নরসিং খোংনাং হৈবী মখোঙদা মখোয় তরেংপু ভাইদুনা লৈখরে। মতম তরেংনা থু লদুনা মরু তৌবিগনু লম অসী থাদোকপীয়ু। মরুনা অসুম তৌবীরবদি মতমগী পাউজেল খোঙচং অসীবু কমদৌবা তাবনো? মরু থুপনীংবা থৌয়েংবীবনা তোংজবা লাককনি, অনীরক মসুরে।—হায়! নঙখোয় অসী লম য়ানা হেনগদৌরিমালে। মফম অসী খঙনবা হায়দুনা লোকলাউপুঙ লেলদগী লৈপাকতা লৈই তরেং হননা চিংদুনা থিংভি। মদুদা মতম নখোয় তরেংনা হায়জে—মরুবু ঐখোয় তরেংনা পুরুমজবনি, লৈই অসী হাংদোকপিয়ু। হাংবীদরবদি ঐখোয় তরেং অসী থোগনদবা চংলমনা মরু ফংনা মাঙহৌবা তাখরে। কংলাদি ঙসি তঙাইফদনা য়োদবা য়াদে। ঙসি ঐখোয়গী শৈহৌনি। মরু অনীনা লৈরিবা মথৈদি ঐখোয়না লৈপাকী চংলম হাকনা কননা মাঙনবা তৌবা ঙমলরোই। কংলা পীবগী শৈহৌদি ঙসীদগী রোইজগে। মদুদা খোংনাং থাবসু ঙহাক নীংশিংলকতুনা বাখললি। মতম অদুদা মখোয় তরেংনা মরু কংলাদা থামবী মৈহৌরে হেক

হায় । 'হী: করি বানো । ঐনা লৈরিংঙদা" হায়দুনা কংলারোমদা মমায় হেক য়েংথোরকপদা মৈবী অংগা কংলা উয়ুঙ নূঙফানদগী পাই-থোকলকতুনা ফমবাল শঙলেলদা তাবা হেক উই ।

খোংনাংথাববু মতুদা পূকনীং অৱাবা ৱোইদুনা ঙহাক ৱাখললি । কলিদা মতমগী চৎলম মরম পুমবা হাননা শীনদুনা থমখরবা ঙহাকত-নিদনা হায়না ৱাখললিঙৈদা, মখোয় তরেৎনা খোংনাংথাবনা ৱাখল খললিঙৈদা লৈই মুৎহৌরসি হায়না খোংনাং থাবগী লৈই তরেৎপু মুৎথৎলদুনা য়িনথুদুনা থনমলগা ৱাংমা লালনা চেনখি । অদুগা, কৈথেল তননা থাংজ তরেৎমক কৈথেল পোৎলকতা চঙলে অদুদা কৈথেল কায়রে । থুদক অদুদা খোংনাংথাবা অশাওবগা লোয়ননা "মখোয় তরেৎ অসীদি লৌনম ৱাবু ৱা-হৌদুনা চৎখরেদনা হায়দুনা তুংথ-মাংথা তানরকপদা, খোংনাংথাবনা ৱাহৌ—ৱারোয় লাংদায় পুঙ হেক য়োবদা, মতম তরেৎতি কংলা মমুঙ তাননা চোংশিনখরে । খোংনাং থাবনা সনা কৈথেল অচৌবগী ময়াদা য়াংলৌ লমবী মরী ফাংবদা মমায় তাংজ লুক্না ৱাখল্দুনা থৌদু নূঙগী য়ুমবীনা মালেম লৈদা য়ুংবগুম লেপতুনা মখোয়না তৌগদবা খৌওং পুমবা য়েংদুনা লৈরমমি । উম ! মসিদি পাউতাক পাউজেলফমনিদনা ! ঐনা খনবসি কাননদেদনা, মতমনা ঙমখরেদনা হায়দুনা মীৎলাং অনীমা পাংথোকতুনা লৈ । অদুদা মহারাজনা গুরু থংববু করিনো হংলবদা খোংনাং থাবনা থুমলকয়ে, ঐনা করিগুমবা অমা উদুনা হেক হেক থংলিবনি হায়রবদা।

শান্তিদাসনা হায়রে—ঙরাঙদা পোকপা অঙাং নঙনসু করি-গুম্বা থঙবা লৈদনা থংবনো" হায়রবদা। খোংনাংথাবনা থুমই,—

ঐবু ঙরাঙগী অঙাংনি হায়রবদি নঙদি কয়া কুইরে হায়রবদা। শান্তিদাসনা খুমই, —ঐদি নঙগী নপানা পোকপা মতমদা ফিরাল পুবা ঙমলে" হায়। শান্তিদাসনা খোংনাং থাববু কয়া কুইরে হংবদা; খোংনাংথাবনা খুমই ;—ঐদি অহুঙৈদা নঙবু পোকপা মতমদা নঙগী খোয়রী নাউকম অহু লেলবীরগা শেংনা ঈরুহুনা নমাগী খোম পীথরুগা চংথিবদো ঐনে। নঙ খঙব্রা? নঙদি অহু-ঙৈগী অহুম মরৈরি" অসি হায়রবদা। শান্তিদাসনা খোংনাংথাববু শংত্রিক য়েংলগা হায়রকই ; —ঐদি গুরু নঙবু অসিদা লৈ হায়বনি খঙব্রে। করি মরমগী লৈপাকসিদা লৈবীরমলিবনো? হায়হুনা খুরুমলে। খোংনাং থাবনা হায়রে—ঐদি লৈপাক অসি ঐনা ঙাক-লীবনে। মরম অহুনা অসীদা ঐ লৈরমলিবনে হায়রে। অসুম হায়রিঙৈদা খোংনাং থাবা পণ্ডিত অমুক খংলে অহুদগী অমুক খংলে হাইমা হাইমা লাউরক্লে? অহুগা লৈপাক্তা তুথখরে। চেগাইনা লাইবক্তা শোক্তুনা ঐ থোকলে। অহুদা গুরুগী ঈদি লৈপাক তাহৈদে" হায়হুনা সনাগী পুখমদা য়াহুনা ঈশিংদা হৈথখ্রে। অহুগী মতুঙদা মহারাজনা হংলে—গুরুনা খংলিবসিবু ঐ য়াম্না কিরে। বারম অসি ঙাওনা হায়বীয়ু। খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা হায়রে; হে নিংথৌ ঐনা খংবগী রা নপুক তপ্পা ঙাও। ন্যোংচুপ লোমদগী থাঙজ তয়েংনা তায়রকপনা ঐনা ঙাক্রম চাঙচেংদা ঙাকপা ঙমদ্রহুনা মাকলংদা তাবকলে। মহুদা অমুক খংবনে। মখোয় তরেং অহুনা সনা কৈথেল থুগায়রকে; মহুদা অমুক খরে। অহুদগী কোহুংলোমদা চঙখিহুনা কোহুং য়োরে। কংলাঙ মৈ চাকলে, অহুনা

অমুক থংলে। অম্মমা হায়রবদা। মহারাজনা মপক্লীংদা করম্বা ময়ানো হায়না শম্লহনা নুংশা থীখিয়ে। উতোংচাক লোইরহনা চাগে তৌরিঙৈদা সনা কৈথেলম্তু কায়বে। কংলাম্তু মৈ চাকলে হায়হনা কোম্নুংদগী পাউ থুংলরে। পাউ অদু তাবদা, শান্তিদাসনা মহারাজগা অনীনা খোংনাং থাববু থাগৎলি। মহুদা শান্তিদাসকা নিংথৌগা, হিমাইবগা অহুমদি হি তোংহনা কাররে। গুরু খোংনাং থাবদি খোঙনা কাররক্রে। গুরু অনীগা মহারাজগা হিয়াংথাংদা য়োরবদা, কোম্নুংদগী শগোল পাউ অমুক লাকলে। মহারাজ কোম্নুং কংলা গুরুং মমুঙ্গদগী মৈ হৌহনা মৈ চাকলে। মনাই ঐখোয় পুম্নমানা কনবা ঙমদ্রে। হৌজিক ফাওবা চাক্ননা লৈহৌরি। মহারাজগা, শান্তিদাসকা, খোঙ-হিমাইবগা হিয়াঙথাংদা হি থাংলম্নগা কংফান কারকপদা, হি ঈশমচাইবনা লোত্তাক য়োনা থোংহনা পাইথরে। লোক্তোক্তা তাউদিং হীয়াঙ হিরেল পাথংবা কৌহনা লুপ্পনা লৈথরে। মহারাজগা গুরু অনীগা খোঙনা লাক্ননা কোম্নুং য়োরবদা। মৈ মুৎপা ঙমদ্রহনা মহারাজনা মৈ কনবা ঙমদ্রে। গুরু খোংনাংথাবা কৌরু হায়হনা মনাইশিং লাকপদা, ঈশোক্তা থেংনরে। গুরু খোংনাং থাববু শগোলনা পুরক্ননা কোম্নুং য়োরক্লবদা কংলাগী মৈ চাকলীবহু মথুংনা থিংজিন্দুনা ওৎথায়হনা কলিগী মৈ কংলাদা করিগী চাক্লীবনো হায়হনা মৎথৎলে। অসিগী মতুঙদা গুরু খোংনাং থাবদা মৈগী মনা লৌ পরী ২০ পীরে। ফরাংজি ফিদা, খুদোল খোঙউপ, সনরিক পুমতা, সনাকুং ঙাংগোই সনা য়োম্বা হীদাকফু, সনাগী থুজী পাম্বোম তান, থামেন চৎপা, কৈজোম নমথাং, খুম্নক

চলাই লেংজাউ ফংজৌ হায়না নিংখৌ সনা য়াথং পীপোকলে।

অসিগী মতুংদা গুরু খোংনাংথাবনা হায়রে ; হে মহারাজ ! মীংন উবা মপিদি ঐনা মুংলে। অমম্বদা কলিগী মৈনা চাক্লপদবা লাসিদি কনম্মা থাওহুন লৈগদগে হায়রবদা। মহারাজনা হায়রে হে গুরু করম্মা খোক্লখিগদগে হায়বীয়ু। মতুংদা গুরুনা হায়রে,— লৈপাক মথক মথা ওল্লগনি। তীনকম লাইকম থুগায়রগনি। নোংচুপ নোংপোক, খা অবাং মায়কৈ মরীগী কত্তবা লমচং তত্থনা মী য়াম্না শিরগনি। নত্তনা পোকপা নচানা নত্তবু হাংলগনি। অহুদগী লৈপাক মস্তু তরেং খোক্লা কায়গনি। কোয়ুং অসিবু লম কণ্ডে হায়হুনা হল্লোক্লগনি। তৌহৈদবা খৈবীক তৌরগনি। মপা মচা মচীন-মনাও য়াম্নরগনি। অসিনা লোমগদবদি খিংজম অহুনা চৈথাবদগী হৌনা চহী ৯৫ শুবা কালেন খা ৬ নি, ১৫ নি ২৬ নি পানবদা লে'মগনি। মী ১৭৯৫ শিগনি। নিংথৌ অহুম য়ায়গনি, অহুম্মা শিগনি। অহুগী মতুংদা ওইগদবা নিংথৌদি চয়াইলোংবগী ঈনা নিংথৌ ওইগনি। চহী ৫০ পানগনি। মীগী [illegible] তোক্লগনি। ঈপা ঈপুগী লমচং চাকচা হজিনকনিরে। [illegible] মাস্ত হৌগদবনে। অসুম্মা গুরু মঙাগা নিংথৌগা [illegible] মেন্দা কমহুনা বাশকনি। হে গুরুশিংও হায়নবা থৌরম অসিবু তৌও পুনসিনিরে। অসুম্মা হায়রবদা, মহারাজনা হায়রে, ঐমা নোংপোকলোম তাককে। পলেন্দা উপুন ওইদা হৌগে হায়রকলৈ। য়াখেন্দা কৌপাকনা ঐদি লমাইটাওদা লিকলোং ওইনা হৌহুনা নোংপোক লম তাকে হায়রে। নিংতৌখা অকোওনা

ঐদি অবাং ঙাকে। চীঙতারেন্দা উথুম ওইনা হোগে হায়রে। মোইরাং ললহাম্বনা ঐদি হৈবোক্তা উ ওইনা হৌদুনা মথা মায়কৈ ঙাকে হায়রে। লাম্তিলাল ঐদি মাকল.দা নোংচুপ্তা হৈবী ওইনা হৌদুনা ঙাককে হায়রে। খোঙবা হিমাইবনা ঐদি ঈশোক্তা উপল ওইনা হৌদুনা থুদম থৌনিবা খৈবীক ঙাককে হায়রে। লাংগোল লুখোইনা ঐদি লাংগোল চীঙদা লী ফাইরেল ওইনা ঙাককে হায়রে। কোম্মুংগী তীনক্ষম লাইকম হী-য়াই পূম্নমক্তি শুরু খোংনাং থাবল্ ঙাকউ হায়রবদা। শুরুনা হায়রে—ঐদি কংলাগী নমথাংদা চীঙহাও ওইনা হৌদুনা কোম্মুং অসি ঙাকে হায়রে। অসিগী মতুঙদা ভৌরকদবদি চরাইলোংবা নুঙকমদা সনাগী থম্বাল শাংলনি। মেন্দা সনাগী থম্বাল শাংলগনি। অবাং খোঙদা ন্নবাং নুঙ তাউরনি। নোংপোক খোঙদা অভোম নুঙ তাউখংকনি। থাগী খোঙদা থূমন নুঙ তাউখংকনি। নোংচুপ খোঙদা মোইরাংগী নুঙ তাউখংকনি। শঙ্গাই ওমাঙদা শামু অহুম কিরগনি। মখোঙদা থাংদোক্লগনি। কংলাগী মমাঙদা শগোল শামু খোক্লগনি। কোম্মুংদা শক্তিশেন তারগনি। কোম্মুংদা মৈহৌরগনি। কংলাগী ওকুংদা মৈথু কারগনি। কোম্মুংদা খোই শারগনি। লাউস্থ লাউরগনি। হোগারবী কীদু-রগনি। কানখোঙ শংলরগনি। নোংমাইচীঙ খল্লোং কীহুরগনি। পিঙম চীঙথা অনীমা চুপ থারগনি। খা অবাং, নো.পোক নোংচুপ চৈতন্য সম্প্রদায় মরী লাকনি। কোম্মুং নুঙ তাউদুনা লৈবা অহু চৌপংলগনি। মায়কৈ মরী নুঙ চোংখংলগনি। লৈপাক চেমগনি। খোংখৌ খোংলগনি। লৈমা খাঙজ্রগনি। নিংথৌ চৌইরগনি।

হুপী তুরেংকী ঈ তারগনি। নীপা ৮পী চহী ত্রেংতা মচা পোক্লগনি। অশিবা নোংলেলদগী শুক মরী, সনাহল লোকচা দগী গুরু তরা, খুমরোক্তগী গুরু অহুম, নোইমাইচীঙদগী গুরু তরেৎ চোংথোরক্কনি। চীঙডাদা তেংগোল অমা, মোইরাংখোমদা তেংগোল অমা, মহাবলিদা তেংগোল অমা কোম্থাদা তেংগোল অমা, তেংগোল মরীগী ঈনা থাঙডপাৎ ওইনা চেল্লগনি। মী ১৭৯৫ শিরগনি। তেংগোল মরীগী অরেম্বনা নোংপোকলোম চেনগনি। অঙগী তেংগোল শাফমদি লুবাং শঙবমদা শাগনি। শীংজমৈনে, মোইরাংখোমনে অনীগী ঈদি মহাবলিদা চাময়ে। মহাবলি মোইরাংখোমগী থাঙদি শঙেম্থোংদা চামগনি। মহাবলি কোম্নুং অনীগী মীনা লিলোংদা চামগনি। নিংথৌ নঙগী খুৎসু খুৎলায় হী-য়াই পোৎলোয় শমপোৎ হায়গে। থাঙ খৌবোম্বা, খুঙসু হী তা থাঙ ককয়োক খুবোম য়াই, খৌবোম্বা য়াই, মুকাপ য়াই, শামু অঙৌবনা কিয়াং ইংথোল চহুই পোকপীদগী লাকনি। খোইয়ুম য়ারবা মশালোল তুলাই ময়াম্বনা লাঙগোলদা লম্ফেলদা, বায়থোদা, হৈপোক্তা, লৈমা চীঙদা ইরোইশেনবদা, হৈঙাঙ পাৎতা পাখংবা ঈরেলদা, গুরু পাৎতা, ঈরোঙদা, মুংচেংদা, চাকতারগনি। হায়ম্রিবা খুদীং খৈবীক্তো কৌব্রুদা থাঙ তরুক লৈগনি। অহুদগী লাথোংদা থাগরনি। শগোল লৈফোল অঙৌবা মনমদা কোরী চেনবা, খোয়দৌ নাক অনীদা মুক্লা কাপ্পা থিনবা মমৈ থাপুঙ শাবা থোক্লগনি। য়াইশা ওইনৌ-ও শললাং ঙমুবী খঙনবা মচী তুংগানগনি, য়েৎনা বাগনি। হায়দক থম্বাল শানা তাঙগনি।

মথয়াং য়েংনা চোনগনি! মনা য়েংনা শাংগনি। খুমাঙ পেংপা অনী তাঙগনি। খুদুঙ নাক অনী তাঙগনি। কোংলো য়েংনা থাংগনি। মমৈ থাবুঙ শাগনি! নীঙ-মাঙ মরীমা মুক থিনগনি। কোংলো অনী লাংগনি। ময়াঙলেল কোরি চেনগনি। মখোঙ মরী তাঙগনি। হায়রিবসি অসি লাক্কুনা লৈপাক শেম্নগনি। গুরু ঐখোয়না ওললিবশিং অসীনা উদনা মাঙথ্রবদা গুরে হায়বা খঙও। মতুদা পানগদবা নিংথৌদি চরাইলোংবগী ঈনা নিংথৌ ওইদুনা চহী নীফু পাল্লনি। মায়কৈ নীপান খুতুম চম্লগনি। নিংথৌ পোংবা তরামা পানগনি। থাঙজ তরেৎমাস্থু নোংচু পলোমদা হনজিনখিনি। অতুগা নোংচুপ থোঙ থিংগনি। নোংপোক থোঙ হাংলগনি। হী-য়াই পুম্নমা হঞ্জিল্লকনি। হায়রিবা অসীনা গুরবদা গুরে হায়না খঙও। নিংথৌগী লৈরাং হায়গে—মৈতৈ নিংথৌগী লৈরাংদি থম্বাল অঙাঙবনি। য়াইদি নোংলুমনি। থাঙদি খোরোম্বনে। তাদি থাঙজু নহানে। চুঙনা ঙামু কারন মানবা চুঙনে। চুঙগোয়না শজং মউনগীনে। লৈরাংনা লাইকোক পাংতা শাংকনি।

অঙোমগী লৈদি চপ্রেং থরো অঙৌবনি। থাঙনা কাচি লোঙবনে। চুঙনা শাওবীখল থাঙ চুঙনে। তানা কাচি শাবনে। য়াইনা ত্যংঙ নিলাই য়াইনে। চুঙগোয়না হামেং চুঙগোয়নে। লৈরাং শাংকদবদি বোঙ্ঙা পাংনে। নুরাগী লৈদি চুমপ্রেং থরো অঙৌবনে। থাঙনা থাঙশাঙনে। চুঙনা উনপ কিরোই চুঙনে। তানা তাপাকনে। চুঙগোয়না ইরোই মউননে। য়াইনা লাইরেল য়াইনে। লৈরাং শাংকমদি হৈনিং চানিং শোইবদোন উয়ুমনে।

খুমনগী কৈরাংদি চুমংপ্রেং খিস্বাল অঙোবনে। শাৎকমদি ঙায়াননে। থাঙনা কোকয়েন পাঙনে। চুঙনা বাকথো লিজং থাঙচুঙনে। তানা থাবুঙ শাবনে। য়াইনা মুপাক য়াইনে। চুঙ-গোয়না শামুগঙানে।

মোইরাংগী লৈদি চুমংপ্রেং করেক শানে। শাৎকমদি ভম্প্যাক য়ুমগী য়ুম্ফমনি। থাঙদি পুকক থাঙনে। চুঙগোয়না শজীগী মউম্রে। য়াইদি ককয়েন য়াইনে। ঐখোয় গুরু মঙামাদা গুরু লুবাং নিংথৌনা তাকলিবা বানে। লাইমীৎ তীনমীৎ য়েনমিং শীৎববু থুপনা তাক-পীরমলে। মপোক লাংওন লাংদাই খঙবা মহৈ হৈববু গুরু কৌএ।

হে নিংথৌ নঙনা মপোক অহুমলক পোক্নুনা নিংথৌ অহুমলক ওইবদো পণ্ডিত ঐখোয় মঙাগা লোয়ননা তুংদা খুদম চাংদম থোক্ল-গদবা খঙহনবা নিংথৌ নঙগী থোজালনে। হে নিংথৌ সনা পুক্লীদা নীংলিবা মতুঙ ইন্না ননাই ঐখোয় মঙামানা হায়হললিবনে। ঐখোয় মঙানা হায়জরিবা লাইরিক অসিদি লুবাং গুরুগী য়াথংনে। নিংথৌ নঙনা গুরু মঙামক্তা হায়রবনে। পণ্ডিতনা লাইনিংথৌ হায়বনে। বাহৈ য়াথং লানফদে। লাইনস্নু খঙগুনো। লৈপাক মীয়াম্না গুরু পণ্ডিত হায়বনে। মাঙগী তুংগী খঙববু মপোক খঙবা কৌয়ে, হয়েং কান্দা খঙও। থাজব্রবদি উৎ ওইনা তুমও। খঙউ। হোরি হোরি লাংওন লাংদাই লাংনুম লৈবা পুরাম্রে।

## লাংতাই

হৃহি হয়া ত্তে, ত্তে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অস্থুপ্পা নঙবু থুক্লা ইজরক্কে। তাথিবীকুনো। লাংতাই পুয়াগী ৱাবু হায়গে। চৌঙঙ্ খোইয়ুম লাইপাউবু থেংক্রো ঐনা ইজবনে। মতমগী খোঙলৈ মতুঙ ইন্না সোয়দনা লাকপিগনি। চৌঙদগী ৱাকোন্না তমদা তারক্লগা মথেক তহুন থেকপা লাইসক্লা নোয়ৱারগনি। মতৌ মঙঙ অহুনা ঈরনালেলবু মীরনল্লেন্দা তিনগ্রগনি। মতম অহুদগী হৌনা মৈত্তৈ লৈপাকপু মীতোপ্না থুললি খ্রগনি। কল্লকইদা নমু মীওইবা-ও। নরম লাই অরীববু মীরায়রবদি নরৈপাকপু মীরৈপাক ওইগ্রগদনে। ওইদবনা লাংথাক্কুনা নপোং নরল চাগ্রগনি। মীতৌ মীওং তম্না লৈপাক ৱাথোক ত্তোয়না পাল্লগনি। নরম লাইবু মীরাযবনা অমগা অমগা য়েংথিনরগনি। পুকচেল খোয়জেল, লীচৎ শাচৎ মালনা-দবনা থাঙনা ত্তেম্না য়ামহুনা ঈহিং নাইহিং তারগনি। হৈত্তনা অহৈ শাবা য়াম্বনা ঙমদাইবস্থ ৱাগদৌরি। অহৈবা অখঙবদি থুপচিন তাসিন্না লৈগ্রগনি।

মতম তাককে, মথেক তহুম থেকপা মকোক্তা ৱাহোং মতু থেংপা লাই মহাক অহু কংলাগী নিংথি খোংপান্দা মথ্বায় চুপ্পনি। মহুবু পাথংবা কোলচংপা কৌয়ে। মৈপী সংঙাইসেলবু ত্তোয়না পাইরক্লবদি পাখঙবনে কোলচংলে হায়বা খঙ-ও। মতাং অমা পাখঙবনা লোইবী চৌঙদা কাহ্‌না হাওদা তোংহ্‌না অৱাং ন্নাও ঙাওবা হৌরক্লবদি মতাং অমা লাকলে হায়বা খঙ-ও। হে মীওইবা-ও। লৈপাককী কুমমৈবু শৈহৌরগনি। মতুং হাক্লা লৈরগা

নোংপোক লমদা লৈথিবা তুলাই মৈরাম্বা খোইয়ুম য়ারবগী মসাই-গুম্না লাংওন মতম শুরহুনা নোংপোক লমদা মমিং "ত" না হৌহুনা পোক্লগনি। মহাক অহুনা নোংচুপ পাংনা খোঙদারক্কনি। লাংদাই মতম অহুদা নোংপোক হারম্না সোয়দনা লালদারক্কুনা নোংপোক খোঙ হাংলখিগনি। মতম অহুবাইদা ক্লাক নিংথৌ চৎনফম লম্বী ঙাপ্রুম চীঙচেলদা সেম্লগনি। ক্লাক নিংথৌগী চৎনফম লম্বীনে হায়বা থঙও। মতুং হাকনা লৈরগা অতিয়া সিদবগী মমীৎ তাকয়েল লমফেল অনীমাদা তুমিৎ য়ুরাল চংলকলবদি লৈপাককী লাল্লচাও শৈহৌরে হায়বা থঙও। মতাং অহু লাকলবদি ওল্লবপা মেরা উল-থমথাদা লৈপাক্কী অরারা থোক্কনি। মতম অহু নোংচুপ খোঙ থিংহুনা মৈতৈ লমচৎ অরীবা খুবম হল্লিন্দুনা মপা মপুগী লাইনিং লাইসোল হল্লিল্লগনি। হা খোমদোল মৈরোবী চেৎনা য়াল্লরা থাফরোই। নপা নপুগী শরী মিংথৈরেলনা লেঙদবা নরলনি। মতম অহুদা ফুরূপ অহুন থোকনা থুললিংনরগনি। "ক" না হৌবা মহাকতি ঙসাইগী মথেক অহুম থেকপা লাইগী মঙালনে। "স" না হৌবা মহাকতি নরম লাই সনামহিগী মঙালনে। মহাকনা লৈপাক সেমগনি। "ক" না হৌবা মহাক্তি পাখঙবনে। রুম্বাল কান্না পানবা মহাকনে, পানজগনি থঙও। মতম অমনি মৈতৈ মায়তৌ তরেৎমাগী মাগী মাগী পোক্ফমদা হল্লিমরগনি। থেংক্রো ঐনা মপোক অমা পোকলে থঙগদবদি লাইরেল মক্লম "ম, ল" না পোকলবদি ঐসু পোকলে হায়বা থঙও। মতম অহুদা ঐগী য়িমক্কমদা হলক্লিরকনি। থেংক্রো ঐগী থুপ্রফমদি নাগা তুরেল খোংহুদ। লৈয়া

লৈপুঙ অহুনে। লমলেল খুয়োই হাওবা লমাংদোংদা লৈবা লোকোই পাংতা তাউরক্লবদি থেংক্রা ঐগী খুক্ষমদা হজিল্লক্লবনে হায়বা খঙও। মতম অহুদা লৈপাক অসে বাগদৌরেদা। হান্নগী মলোমনা অহুবু থিংবা য়াবা মথৈ থিংকে। অহুবু ঈয়াম্বা চীঙঙ্ খোংনাংথাবনা বাঙাং তারিয়ে। মতম অসি খূমাঙ চাওসিনখরে হায়হুনা মহাক্কনা থারম্বা খোংনাং পাম্বী খুয়োই হাওবা লমাংদোংগী চীঙকোনদা হোৌববু মসাগা লৈপাক্কা সমনগদৌরে, কায়বা তারেদো লৈপাক অসে তাকলে লোমলে কল্লকইদা। মৈতৈ মচা পুন্নমকপু কনবী-রমগে। মুমিদাং থুম চাবদা লাইবা সোন্দনা চাউ। নপুথৌ সনামহি কাচিন্দা লোংলু হে মীও। লাইবাদি পিং তরং, পিং তরং হুং মনিকুসো হুম, হুম সন্ তুম্ তুম মম্ মম্ কুক্ কুক্ সো"। অসি সোলনা চাউ-ও। হে মীওইবা-ও। বাগনো নপুথৌগী য়াথংনে, সোয়ক্ষদবা বানে। লাকপা মুংসিংপু থমুং চংদনবা বাদি সরীসো সরীহন হুমলেল সিদবা কেকু সয়োংলে, নহনক্ষমদা হনখয়ো॥ অসি সোললো মরাইনা অহুম হনথিগদনে খঙও। হে মী ও। অসিনা য়ারক্তুবদা লোংনক্ষম হিংনক্ষম তাককে। মায়চৌ তরেংনা লোংনক্ষম লৈমরোং সনথোং পাংবা কাচিন্দা লোংলো হিংনক্ষমনে। হে মীও! অরেপ্পা অরেপ্পা বানে খঙচৌও। ওইদবা মবা চানাগনো। সলপোং খূংলং তরেংপু অমতা হিং-গদবনে। হককি লাইনিং পাম্বী হোৌহল্লু। অচুম্বা পথাপ চংচৌও, তাইবং সেম্বা সরী মিংথৈ কাউগনো। মীওং মীতৌ তমহুনা লৈথোকক্ষরোইয়ে। তাক্লগদৌরে, লোম্নগদৌরে। মুমিং তরেংনি

মন্নরগনি। কোয়ৌ থক্তা উরোক সংগু পাইরগনি। থৌদু নূঙ তারগনি। মৈগী তেললনা লৈথক লৈখা তুনা কাপ্পগনি। অমৌহিদগী তেলকাপতুনা মী য়াম্মা শিরগদৌরিয়ে। মতাং অসিদা সেল চগুপ চগায় য়াম্মা থোক্লরবদি য়াংমা কাক নিংথৌগী মতম লোইগদৌরে। নোংপোক্পা নোংচুপ পাংনা থোঙদারক্তুনা মখোয়না সোয়দনা লেপ্পরগনি। নোংপোক্তি খূমননে। অরীবা মক্ত খুল্লগদবনে হায়বা থঙও। সনামহি পাথংবা মচীন মনাও উম্নরে হায়বা খূদমদি পাউনম হিদেলগী বাংমদা সেকতা সনম্থক্তা খামেল কোককল্ পাম্বী হৌরক্লবদি সনামহি পাথংবা মচীন মনাও উনরে হায়বা থঙও। মতাং অসিদা কোয়ৌ থক্তা সংকাইসেল তোয়না পাইরগনি। লাইনিংথৌ খুঞ্জাওবনা থেংক্রা মায়চৌদা পাইখোম্বনা নাউবা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্মা কপ্পগী মরম হংজবলগী মতুঙদা লাইনিংথৌ খুঞ্জাওবনা মতমগী লাংদাই হংজবদা থেংক্রা মায়চৌনা লাইনিংথৌ খুঞ্জাওবদা লীবীরম্বা বানে থঙও। নাকোং তরেৎ শুনা তাকদে। হে মীওইবা চেৎলো। মতমগী মতুং ইন্না হৈরাং লৈরাং কত্তুনা য়ুমশকৈশ হুমিত্তা পাউ। হয়্রি হয়া লাউনা ঈরাকমানা কোল-সিল্লমগে ॥

